কোহো

নেত্রকনাগী এ, আই সি.সভাদা শকখিদুনা সভানা য়াম্না পাম্ন-
থবা অমসুং বেঙ্গলীদা অনুবাদ তৌগ্রবা ইশৈনি।

## হৌরো

অরাবা অকংগী অমম্বা কোক্তুনা
স্বাধিনতা সুমিৎ থোরক্লে মাঙদা
মরুপশিংগী থবাইনা তত্তনা কৌরক্লে
য়াকাইররে নহাকী থোঙজিন্দা।
হৌরো, হৌরো, হৌরো, হৌরো লৈবাকপুম্বা
য়োহিল্লং চল্লবী ভারত ইমা কপ্পা মুক্তি পাম্বী
থোঙ লোন্দুনা মং তমদুনা
তুমখিদরা তুমখুল হম্মা।

ভারত জাতিগী অচেৎপা য়াশক
চহি য়াথৈগী মুক্তি সাধন
পোলোইসিদা মাঙখরেনে অরাবগী হাহাকার খেংথাবা।
শিদৌরবা ভারতকী অরাবা মৈনা
শিরবা দেশ প্রেমদা তৌর অভিশাপ
কোকহল্লু চোম্না, কোকহল্লু পাপ
চাওখৎলবা একতা থুংলাইনা।

—ইন্দ্রবত

# ৱাহৈ খরদং

মণিপুরগী নিং-তম্বা ভারবগীদমক বৃটিশ সম্রাজ্যবাদীগী মায়োক্তা মণিপুরগী মরেরবাক নিংবা, থোনা কবা কয়ানা আত্মা বলিদান তৌখ্রবা মতুংদা মীথ। পোল্লবা মণিপুরবু নিং-তম্বা ফংনবগীদমক মণিপুর মীয়ামগী লমজিংবা ইরাবতকী অংশংবা ইতিহাস অমা পুথোকপা দরকারনি লৌটৈ।

মণিপুরদা মীবু মীনা ওৎপা, ধর্ম্মগী নামদা মণিপুরগী মীয়াম্বু মথল মথেগী অওৎ অনৈ কয়া তৌবা, লৌয়াম চাবা ইনাকথুনবা কারবাররালাশিংনা লায়রবা লৌমী শিন্মীশিংবু তমথিবা মওংদা ওৎপগী মায়োক্তা মশাগী ওইজবা কয়া থাদোক্লুনা মণিপুরগী লায়রবা মীয়ামগী স্বার্থদা মথল কয়াগী আন্দোলন লমজিংখিবা নেতা ইরাবতকী তৌবিমল থরতা ওইরবস্থ উৎপা। চুমরা থজত্তনা নেতাগী পুন্সিগী রায়ীসি মীয়ামগী মাঙদা পুথোকচবনি। লাইরিক অসি কোঙনবা হোৎনবদা মতেং পাংবিখিবা, নেতাগা লোয়নবকপা সর্ব্ব শ্রীলাইশ্রম কহাই, তখেল্লম্বম বোকুল অমসুং ওক্রম ইবোমচা কবিরাজনচিংবা অমসুং ক্রেপকী অরা শরুক য়াবীখবা ইয়াম্বশিং শ্রীমজি অমসুং তোগেশ্বরনচিংবা খিবক্তা শিংতমত্রবা লমন তোনসিজরবনি। লোয়মনা মণিপুর ষ্টেট কালা একাদেমীনা মপুং ওইনা শেলগী মতেং পীবিবগীদমক তৌবিমল থওবা উৎচরি।

তাং ১৪ । ২ । ৭৭ ইং

—অইবা

# হীরম লামায়

## অহানবা শরুক সমাজ রিফোর্ম অন্দোলন



## ২ শুবা শরুক রাজনীতিক অন্দোলন

## অশুবা শরুক মণিপুরদা অনোবা রাজনীতিগী শক্তম

মীয়ামগী লুচিংবা

# ইরাবত

## অহানবা শরুক

## সমাজ রিফোর্মগী আন্দোলন

---

( ইরাবতনা অঙাং ওইরিঙৈ )

নিংতম্বগী অরোইবা লানফমদা মনিপুর মচা কয়ানা পুন্সি কয়া কৎত্রবা, লোয়নবা থৌনা ফবা মরৈবাক নীংবা কয়ানা নোক্লা নোক্লা কাসিগী শগাই কাপ্ত্রবা মতুংদা বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা সনা লৈবাক মনিপুরবু থুডুম চনশিন্দুনা মীনাই ময়োহিল্লংগী খিনজুর থাংবা নৌরিরিঙৈদা লৈবাক শাসন মরা চেত্রিঙৈ কাংখোং চাইদুনা, লাঙেমরিঙৈগী মতমদা মনিপুরবু মীনাই ময়োহিল্লং থদৎনবা ঈমাগী লমন শিংনবগীদমক অথৌবা বিপ্লবী হিজম ইরাবত সিংহ শোক ১৮৯৬ ইংগী সেপ্তেম্বর তাং ৩০ য়ুমশকৈশ নুমিৎতা পিশুমথোং ওইনাম লৈকাইদা মৈতৈ লৈমনা শংজ্রখি। অপোকপা অমসুং অপোকপীগী মিংদি মথংশিংনা হিজম ইবুঙোহল অমসুং চোংথাম চনু থম্বালঙম্বী কৌই।

মীওইবা অমনা অমা মায়য়োক্লবদা খাঙবা বারবা অচুম্বা অরাবা কয়া পুল্লগা মানা মায়য়োররকখি। মথাক য়াম্না লায়রবা ইমুংদা পোক্লকপনা পীক্লিঙৈদগী লায়রবগী চৈথেং নংলবা ওইবজ্রা

নত্তুনা অঙাং ওইনা অপোকপা কায়নবগী অরাবা মৈচাক ফংলম্মী। মৌনা মপুরোইবা কায়নরবী মমা লুপ্রাবীনা ময়ুম লেপ্পা ঙমজদ্রুনা পোক্কম ওইনাম নৈকাই থাদোক্কুনা ইরাবতকী মনে ইবেম্মা হিজম চমু শৌগাইজম ইবেত্তোন, মোইরাংথোম শৌগাইজম নৈকাইগী য়ুমদা চঙজফম থিজদুনা পুন্সি লেনবা তাখি। অরাবগী মথক্তা হেন্না অরাবা হাপচিল্লকপা মীওইবগী হৌনশা ওইরমাল্লে অসিগৌনা রানা পুন্সি লেল্লিঙৈসিদা অপোকপী মামা কায়নবগী অরাবা অমম্তু হাপচিল্লকখি। অম্বম্মা মীগী য়ুমদা চাক্লেম চাদুনা ফিরেম শেম্মুনা য়াম্না রানা মহৈ-মশিং তম্লকখি। করি অমুক হায়রগনি, ইরাবত অপোকপা কায়নরবা, পলেমনা নাউকো দররবা, মাগী হন্না য়েংবদা মনে নওনা কনাম্ভ নৈত্ররবা মহৈ-মাশং তম্বদা মনিং থুংবা ঙমত্রবা মায়কৈ মরিমক্তা অরঃবনা লাঙ্গোই চল্লবা মাগী পুন্সিনি।

অহুমু পুম্নমক অসিগী মরক্তা মানা মাগী পুন্সি য়াম্না চম্না লেম্মোকপা ঙমখি। মপুন্সিদা থম্মোয় শোক্না পুঙমদনা রাবদি মানা মীয়োল তারকপদা য়ৈরবাকপু বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা মীনাই য়োহ্ন্নিং চন্দুনা লোই ওইনা মীনাই নাইথাং চন্দুনা লৈরম্বা অসিনি। বৃটিশ সম্রাজ্যবাদীনা ওংলিবা মনিপুরগী প্রজা মীয়ামগী মুক্তি কররম্না ফংগদগে হায়বা রাখল অসি অঙাং ওইরিবা মাগী থম্মোয়দা মমি তারকখি। মরম অসিদগী মানা স্কুলগী লাইরিক পাহদা থরাই য়াওবগা লোয়ন লোয়নবা আউটবুক কয়া পাখি। পৃথিবীদা মীনাই য়োহ্ন্নিং চল্লবা, লায়ররবু ওংপি নৈথিরবা

লৈবাকশিংদা করম্না প্রজা মীয়াম্না খাণ্ডবগে মহু কোক্লবগী পাথৈনা করম্বা লম্বেলদা চণ্ডবগে হায়বনচিংবগী লাইরিক পাহুনা থিজিনবা হৌরকখি। স্কুলদা পাম্না কাগনবা অকবা ছাত্রশিংগী মপুং চনবতা নত্তুনা অণ্ডাং ওইরিবৈণ্ডদা হিরম খুদিংমক্তা লমজিংবা ওইরকখি। অণ্ডাং মরক্তা বাল সঙ্ঘ লিংখত্তুনা, ছাত্র মরক্তা স্কাউট অমদি ছাত্র সম্মেলনী লিংখত্তুনা ছাত্র সমাজগী কান্নবা লমজিংখি। ওহৌ-শিংনা ছাত্রশিংবু কা হেন্না ফুবা, লাইরিক নিংথিনা তম্বিদবা, ছাত্র-শিংবু স্কুলদা মতিক মপা চাদনা হেন্না থবক শূহনবা কয়াগী মায়োক্তা লমজিংখি। অসিগুম্বা মথলগী লমজিং অসি মনিপুরদা অহানবনি। মহাক্না জোনষ্টোন স্কুলদা তম্লিবৈণ্ডদা ওঝা অমনা ছাত্র অমবু কা-হেন্না ফুবা খোঙপাক্না কাওবা কাওবগী মায়োক্তা ছাত্র পুম্নমক খোমজুনা ষ্ট্রাইক তৌখি। স্কুলগী ছাত্রশিংনা ষ্ট্রাইক তৌবা অসি মনিপুরদা মসিনা অহানবনি।

ইরাবত জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস সেভেন ফাওবা তমখি। মথংদা শোক ১৯১৩ ইংদগী সৌগাইজম সমরেন্দ্র সিংহগা লোয়ননা ঢাকাদ লাইরিক মথা তমথবা চৎখি। মকম অদুদা মানা ছাত্র সমাজগী ফিভম নৈনখি। মতম থরা লৈবা অসিদা বাঙ্গালী লোনসু নিংথিনা হৈরকখি। ঢাকাগী পুজোক স্কুলদা ক্লাস নাইন কাওবা তম্লবা মতুংদা লায়রবনা মরম ওইদুনা হেনক্দনা লাইরিক তম্বা তোকপা তাখি। শোক ১৯১৫ দা তখেল (ত্রিপুরা) দা চৎখি ভারত পুমদা বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা ওৎ-নৈরিবসি কোক্লবগী লম্বেল থিরকখি। ক্রেম্লত প্রজা মীয় মবু ওৎ নৈবগী মায়োক্তা

প্রজা মীয়াম্না হৌরকপা আন্দোলন পেরিস কম্যুন, আমেরিকাগী ওৎপিয়বা কোল-কারখানাদা থবক শূরিবশিংবু মবুক থম্না চাক পীজদবা, লৈপাক্তা ভূমহনবা, মৈনিং কুনবা নৌরিবী মপী অমম্নং পীক্লিবা অঙাংশিংবু কারখানাদা নমজুনা থবক শূহনবা অদুগী মায়য়োক্তা শিন্মী মীয়াম্না হৌজুনা চীকাগো সহরদা আন্দোলন তৌখিবা, আফ্রিকাগী অমুবা জাতিশিংবু অঙৌবা কাঙলুপ্না ওৎপিবা, মীনাই ওইনা শিজিন্নবগী মায়য়োক্তা বীপ্লব কয়া তৌখিবা রুসিয়া লৈবাক্তা জারনা ওৎ-নৈবগী মায়য়োক্তা রুসকী প্রজা মীয়াম্না তৌখিবা রিভোল্যুসন অমম্নং পৃথিবীগী মীনাই য়োক্লিং চল্লবা লৈবাকী প্রজাশিংনা মনিং তম্বগী লড়াই কয়া তৌখিবগী রারী ক য়াখি।

তখেলদা মতম থরা লৈরুরবা মতুংদা ইরাবত মনিপুরদা থোরকখি। অরাবদি মহাক অরেপ্পা মমুম লৈজদবা মীওই অমা ওইখি। অদুবু রাংখৈ নিংথেম পুখ্রি মপান্দা লৈবা মাইবম শমদেন সিংহগী য়ুমদা মতম খরা লৈখি। অম্মুক রানা লেপ্লবস্তু মৈবু কিনা কুপ্তুনা থম্বা য়াবা হৌনদে, লায়ররবস্তু মরুং থাবা ঙমখি। তৌগে নিঙ্গ্রবদা ওম্নবা পাঙথোকপা ঙম্বা, পম্মুংকম য়োঁত্রিবা কাওবা ঈনবা, উইন-কনবা, মরিল কবা ঙমখি। মরম অদুনা লম খুদিংমক্তা অকাওবা মুপা অমা ওইরকখিবনি।

## ইরাবতকী পুন্সিদা অওনবা

ইরাবতকী মশাদা লৈরিবা গুণ পুম্নমক অসিনা মরম ওইদুনা মহাক অন্সি অচম্বা মী অম ওইরোই হায়বসি সরকারনা অমসুং নিংথৌনা খঙলম্মী। মতম অদুগী মচিন তোঙথংলকপা মহৈ-মশিং হৈবা মীওইবু মচা-মশু থাজদুনা নিংথৌনা ভাই-শেল ওইবা হায়বসি চংনবী ওইনা তৌরম্মী। মরম অদুনা চূড়াচান্দ মহারাজগী ময়াম্বুংতোন চন্দ্রহাসকী মচানুপী অহল খোমদোন সনাবু লুহোংদুনা মতম অদুগী মঙ্গাক ইবুঙো হায়বা চাউরবা মিংথোল কংজখি। লোয়ননা মতম অদুগী ফৌজদারী অমসুং দেৱানীগী চৈরাপ অমসুং পঞ্চায় হায়দুনা লৈরম্বা রায়েনশঙগী সদর পঞ্চায়তগী মেম্বর অমসু ওইজদুনা পুন্সিদা সুংঙাই য়াইফবা ইমুং-মসুংশিংগী মরক্তা শিঙথানরকখি। মতম অদুগী মঙ্গাক ইবুংঙো মিংথোল কংলবা মীওইদি অদুকী মতৌক চাউক্রে। মমাঙদা তুবৎ চৎপদা খোঙউপ তোংবা লৌথোক্লে, ছাতিন উমশিল্লে, মীচম প্রজানা লাপ্পা থেদোক্লে। তলব য়াম্না চাউনা ফংদুনা অফিস অকা-অকুম দোলাই তোংবা, মীনাই-মীশল কয়ানা থোগল তৌবা, মচা ইবেম্মগী লৌচা নাই-শম্না খুজিং ওইনা অউনপোৎ কংজবা মতম অদুগী সমাজদা অঙকপা কংনা সুংঙাইবা ইমুং অমগী পুন্সি ওইরকখি।

অঙন্না তৌবা অসিনা মাগী মমা মপানা নাউকোন্দনা মায়কৈ খুদিংদগী কোয়শিন্নকপা অবাবা কয়া মায়য়োক্লখিবা মাঙলমচংকী পুন্সি অদু মানা কাউথোকপরা? কাউদে, করিগী

কাউরুনি। মাদি অচৌবা মীশক অমত্তু নত্তে। মাগী মুঙাই-রাইরবা, পুন্সি অত্তু চম্মা লেপ্লোকখি। অঙাং মরাকপা লোয়ননা লম্বাক্তা শান্নমিন্নবনা মাগী মুংঙাইরবা ওই লাইরবা ইবুং-মস্সুংগী অঙাং রাওরবদি লাইরিক লেপ্না লৈরিবা, মফি লোননিবা, চে, কলম পেন্সিল লৈবিবা অঙাংশিংদা অকবা পাউজাক অমসি রারো কয়া লীবিত্তুনা লোয়নবা, মত্তু পুন্নমক্তী মুক্ষম ওইনা বাদ সত্ত্ব লিংথৎপা পুন্নমক অসিনা মাগী মুংঙাইজবা ওইরম্মী। মখাক ইবুংঙো অমদি সদর পঞ্চায়ত মেম্বর ওইবগী লেমজবা, চাউথোকপা পুন্নমক থাদোকুনা চঙলক্লিবা মীপুম থুদিংমক্তা পেন্না রারো-বাতাই শাবা মীচাম মীরাই লৈতবা মতৌ অসি তমজনিংঙাইগী মশক্লি।

ইরাবতনা তৌবা ওস্বা শক্তি পুন্নমক মথুত্তা পান্নরবত্তু তমথিবা মওংদা ওৎপা-নৈবা শিজিন্নদে। লান্নরবা অতোনববু কনখিবা, প্রজা মীয়ামগী রাইকনবগী ত খনবা হান্নবসিনা মাগী মথৌ ওইখি। লাইরবগা ইনাকখুনবগা, লোয়াম চাবগা লোমীগা তৌনবা কেশতা লান্নরবা লোমী শিল্পীগী স্বার্থ য়েংত্নুনা অচুবা বিচার তৌবসি মাগী থৌশিলনি। চৈরক অসিদা, মনিপুর অসি বৃটিশকী মথুত্তা লোই চনবা শাসনগী মখাদা লৈবনি, মসিগুম্বা মীনাই য়োক্লিং অসিবু মতৌ করম্না থদৎকদগে হান্নবসি মাগী অহিং-মুংথিল কাংনবা বাখল ওইরম্মী। মসিগী লমেল থিবদা মীনাই নাইথাং লৈবা ওৎপী-নৈবিরবা সমাজদগী মতৌ করম্না ইয়ুরোপকী লৈবাকশিংনা মনীংতম্বা কংথিবগে হারবা, রুসতা জার নিংথৌগী অওৎ-অনৈগী মায়য়োক্তা প্রজা মীয়াম্না রিভোলুসন

তোহুনা শান্তি ফংখিবা— মীপুম খুদিংমক চাক চয়া অনি চাবা কংহুনা, থবক কংদবা হায়বা অতু কোকুনা, অদোং খুদিংমক্না লেম্না মহৈ তমজবা, লেম্না লায়রেংফনা হনবা, অদুগুম্না সোসিয়েলিজম সমাজগী বারীশিং অমদি কার্লমার্ক্স, লেনিন, তোলস্তয়, লোকমান্য, ভগৎসিং, খুদিরাম, সুভাসচন্দ্র, মহাত্মা গান্ধিমচিংগী ইতিহাস অমসুং মখোয়গী অাইদিওলোজি নৈনরকখি। বাখল-শিংসিগী মথি তারকুনা মনিপুরদগী বৃটিশপু মরু কতোকুনা, তাম্নোকপগা মনিপুরগী প্রজা মীয়ামগী হেন্না ফগৎপা পুন্সিগী অচৌবা অওনবা অমা পুরক্লীংখি। মতুংদা প্রজা মীয়ামগী স্বার্থ ওইগনি লৌখি। অদুনা মঙ্গাক ইবুংঙো ওইবগী মুংতাই-য়াইকবা কয়া অদুনা প্রজাগী স্বার্থ কনবা ওমলোই হায়বসি থওলকপদগী পুম্নমকসি থাদোক্লীংলকখি।

## মনিপুরগী কলচর অমসুং সাহিত্যদা ইরাবত

ইরাবত অকাওবা সমাজ সেবক অমদি রাজনীতিবিদ অমা ওইবত নত্তনা মহাক অকাওবা আর্টিষ্ট অমা, য়েক খোৎপা হৈবা লাইরিক ইবদসু মথুৎ য়াম্না ফজবা মীশক্নি। লাক-কানবদা শক্নিৎ-শবাং হৈবা স্পোর্টসমেন অমসুনি। মৈতৈ কলচরবু য়াম্না ফজনা য়োকখৎপা পাম্মি। শগোল কাঙজৈ, মৈতৈগী মুক্না কাঙজৈদা পঙনোপ নোঙবা মীওইনি। অদোং ওইবিনৈদগী শাইরোং কামদা খুৎ চুবা মীওইনি। খোইদোক্না মনিপুরদা কলচরেল রিভোলুসন অমগী থৌরাং কয়া শাগৎলবা মুপানি। মনিপুরদা

স্পোর্টস এসোসিয়েসন অমা অহানবা লিংখৎলম্বগী কাউণ্ডরশিংগী মমুংদা অমনি। মনিপুরদা ইহান হান্না লিংখৎখিবা স্পোর্ট এসোসিয়েশনগী মেম্বরশিংদি :— শ্রীযুক্ত সুবেদার তোম্বা সিংহ সেক্রেটরী, শ্রীকনী, শ্রীবৃবী, শ্রীইরাবত, শ্রীললিত, শ্রীচাউবা, ডাঃ লৈরেন, শ্রীগোপাল অসিনি। এসোশিয়েসন অসি শোক ১৯৩২ মার্চ থাদা লিংখৎখিবনি। ফুটবোল অমসুং হোকি টুর্ণ-মেণ্ট শোক ১৯৩২ গী এপ্রিল তাং ১ দা হৌদ্লনা মনিপুরদা অহৌবা ওইখি। চহি অহুমগী রন্নিং কপনি। মপানগী টিম কয়া শান্নবা অসিদা শরুক য়ারখি। মফমদি পুলিশলেণ্ড গ্রাউণ্ডদনি।

ইরাবত মনিপুরগী ড্রামাগী তগত্তা মমিং চিংথৌবা য়াবা মীওই নত্তে। মনিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়নগী মহাক কাউণ্ডরশিংগী মমুংদা অমনি। এম, ডি, ইউদা থেংলিবা লাঙ্গোল কারল অসি মহাকী অনীংবা অমগী মখাদা মানা হৌদোক্লনা থেংলম্বা লাঙ্গোল কারলনি। মহাক ড্রামাগী প্লে কয়াদা কুমখি। মহাক্না কুম্নবা প্লে খরদি সোরোখাইবম ললিতসিংহনা ইবা "অরেপ্পা মরুপ' প্লেদা চন্দ্রসিংগী পার্ট, দেবলা দেবীগী প্লেদা মারাঠাগী নিংথৌ শাখি। লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহলনা ইব নরসিংহ ড্রামাদা কুমুদ শাখি। শোক ১৯৩২ ইংগী এপ্রিল শজিবু চৈরাউবগী শিলহেনবা ছুটি মমুংদা য়াইস্কুলদা সত্তি খোংনাং হায়বা ইতিহাসিক প্লে অমগা অরেপ্পা মরুপ হায়বা সমাজিক প্লে অমগা অনিসি টিকেট লৌদ্রনা শান্নখি। মমিং চৎলবা অকাওবা প্লেনি। ইরাবত অমসুং

ললিতকী কুমৈ যেংনবগীদমক অমদি হিদাম তোম্বী দেবী, সাইরেম কন্যা অমসুং ঙংশিতোম্বী দেবীগী আর্ট এক্টিং যেংনবগী লাকপা মীয়াম তঙকপনি। যেংবা ফংনদবনা কোঙ্গাইনি। ইরাবতনা ড্রামাগী পার্ট লৌবদা অহুকী মতিক মথৌদা পুক্লুং চঙই। মযুমদা লুমিৎ খুদিংগী তুলসিবোংদা থুরুমহুনা মচদা দাইলোগ চানবা তম্বা, মহুদা ইমুং মনুংগী অঙাং মুপী হঙ্গোইবা ইকাইবা লৈতনা হোৎনবা মচাকী অভ্যাস তমজনিংঙাইনি, মণিপুরদা অঙাঙবনি হায়না শ্রীঅশাংবম মিনকেতনা তত্তনা কোঙদোক্লি।

ইরাবত মণিপুর সাহিত্যবু হৌদোক্লখদা য়াওবা মুপা অমা ওইবত নত্তনা মণিপুরগী খুৎমাবা কবিশিংগী মপুংচনবা মীশক্লি। মণিপুরদা গৌড়িয় বৈষ্ণব ধর্মগী চৎনবীনা শুদ্ধত্তুনা বেঙ্গোলি সাহিত্যনা ঊমহুনা মাঙলুরবা মতমদা নোংহৌননা মণিপুর সাহিত্যবু হিংগৎহনবা হোৎনবদা অচৌবা শরুক য়াখিবা মুপানি। শোক ১৯৩২ দগী অসিগুম্বগী মমি আস তাবা হৌরকখি। তাং ৭ | ২ | ৩২ ইং নোংমাইজিং মুমিত্তা শ্রীশেনজম ইবুঙোহল সিংহগী শঙ্গোয়দা মৈতৈ সাহিত্যগী মরমদা সভা অমা কমখি। মসিনা মণিপুরদা অহানবনি। মিটিং অসিগী কনাঙনর শ্রীখাইরাকপম চাউবা সিংহনা ওইখি। মিটিংসিদা ডাক্তর কমল অমসুং হিজম ইরাবত, অঙাহল মরু ওইনা রা ঙাংখি। মণিপুর সাহিত্য সম্মেলনী হায়বা অমা লিংখৎপা লেপ্পখি। চহি অসিমক্তা এপ্রেল থাদা অহানবা অধিবেসন কমখি। মণিপুর সাহিত্য সম্মেলনী অসিগী রারেপকী মতুংইন্না মণিপুরগী স্কুলশিংদা মৈতৈলোন তত্তবা অকনবা থৌরাং

লোখৎখি। লাইরিক ইবা মীওই কয়া কৌখি। মৈতৈলোনগী মপি লাইরিক পুথোক্লবগীদমক ইরাবতনা ওঝা মুনাল্দা হায়জহ্না ইবিখি। মথং মথং ক্লাস খুদিংমক্তা তম্নবা টেক্সবুক ইবিনবগী দায়ীত্ত ইরাবতনা লৌখি। অতোগা মৈতৈ কবিতা লেংবগী নিয়ম অমসুং মৈতৈলোনগী মরিমথোঙ রারো মচা ইবগী দায়িত্তনা কমল অমসুং চাউবনা মথংশিংনা লৌখি। হায়রিবা অধিবেসন অসিদা মৈতৈ ময়েক অমসুং মৈতৈলোন তম্নবগী মরমদা ইরাবতনা মরিক-চুম্না নৈনখি। রাজনীতিগসু মরি লৈনবা মীশক ওইবনা মিটিং অয়াম্বা মানা কণ্ডক তৌখি। সম্মেলনী অসিগী হোৎনজমক্না নিম্নপ্রাইমারীগী ক্লাস খুদিংমক্তা মৈতৈলোন তম্বা ওন্নবা মতমদা উচপ্রাইমারীদা তম্নবা লাইরিক পুথোকপদা অরাবা কয়া ওইখি। চাউবনা রারেংগী শরুক কয়া, কমলনা কবিতাগী শরুক্তা মশীং হেন্না পুথোক্লখি। ইরাবতনা ইবা 'শৈদম শৈরেং' মতম অতুগী ক্লাস সেভেন্দা তম্নবা টেক্সবুক ওইখি। অমুক ইরাবতকী থৌরাংদি অণ্ডকপনি। স্কুল লৈতবা মকমদা স্কুল লিংখৎলম্বা অমসুং স্কুল কমিটি শাহনা থনম্বা মাগী থৌশিলনি।

ইরাবতনা মৈতৈ সাহিত্যগী মরমদা হোৎনরকপদদি লিরবা মতমদগীনি। শোক ১৯২২ ইংদা মণিপুরগী অহানবা মেগাজিন "মৈতৈ চনু" কৌবা অমা থৃংনা ইহনা মশামক্না ইডিটর ওইহনা কোঙখি। মসিগী মতুং চহি ১০ কোম্লবা মতম শোক ১৯৩২ অহুমাইদা মরূপ মপাং কয়া কংহনা সাহিত্য সম্মেলনী লিংবগী থবক অসি চঙশিনলকপনি। শোক ১৯৩০ দগী "য়াকাইরোল" কৌবা

থাগী চেকোঙ অমা লৈরেম্না সম্পাদক ওইদুনা ছাপা তৌদুনা ফোঙবা হৌখি। মসিদা ইরাবতনা অচৌবা শরুক য়াখি। ইরাবত মণিপুরগী থৃৎনাবা কবিশিংগী মরক্তা অমনি। অমুম্না শ্রীবিন-কেতন্না থাখি — "ঐখোয় মঙাদংদদা অমা দৌরা মাঙখয়ে চীংগুং থাহন থঙদনা"।

ইরাবত অকাওবা কালাকার অমনি। গৌড়িয় বৈষ্ণব ধর্ম্মগী চংনবী শ্রাদ্ধ কর্ম্মনচিংবদা ঈশৈ শকপা ঈশৈ হনবা ওস্মী। মচুতা নত্তনা মশানা ইজবা মরৈবাক নীংবগী ঈশৈ কয়া মশানা শকচবা থোইদোক্না শীংথানিঙাইনি :— (১) হৌরো হৌরো ভারত মচাশা, (২) হৌরো অয়াবা অহিংগী অমম্বা কোক্তুনা, স্বাদ্বিত্তা লুমিৎ খোয়ক্লে মাঙদা থোঙ লোন্দুনা তুমখুল হুন্দুনা তুমখিগদয়া কয়া কুইনা, (৩) চৎলো চৎশি ইচিল ইনাওশা লৌমীগী লৈবাক শেমলুসি, (৪) থাঙ্গোল অচু ময়া থাংউ থৌনা, (৫) চীং-তম পুম্বা লোয়না লাকলো আইন সভা ভাল্লুসি অসিনচিংবা ঈশৈ কয়ানা মরৈবাক নীংবা কয়াবু হৌদোক্লম্বা থৌনা পীরম্বা লুপানি। পুঙ; তপিলা, সিতায়নচিংবা শীজিনবা হৈবা মীশক অমসু ওইরম্মী।

## মাংবা শেংবগী মায়য়োক্তা

বৃটিশকী মতমগী মণিপুরগী সমাজগী কিভমদি অকিবা অমমুং অঙকপনা থম্লি। মতম অদুগী নিংথৌগী মায়য়োক্তা লৈবা, রা ভাঙবা য়াদে। গৌড়িয় বৈষ্ণব ধর্ম্মসু থম থেংবীনি। ব্রহ্মসভা

হায়বা ব্রাহ্মণশিংনা অনম্বা শাবা সভা অসিনা মতম অহূগী প্রজা মীয়ামবু অঙকপা কংনা ওৎলম্মী। ব্রহ্মসভাগী নীতিদি ধর্ম্মগী মিংদা মাংবা শেংবগী মরমদা নৈনবনি। মথোয়দা পৈশা পীত্রবদি মী অশিবা পোৎলোইহন্দে, দেব কর্ম্মনচিংবা করি অমত্তা তৌবা য়াদে। মসিদা রা ভাঙলুবা য়েৎলুবা কনাগুম্বা য়াওরবদি মাবুসু ব্রহ্মসভানা মাংলে হায়হুনা ইস্নোক্কনি। মাগী ইমুং মণুংদা শিবা য়াওরবদি পোৎলোইবা য়ারোই। অহূগা মণিপুরদা লৈরিবা মী-পুম খুদিংমক গৌড়িয় বৈষ্ণব ধর্ম্মসি লৌদবা য়াদে, হায়না নৈতে ইপা ইপুনা চৎলম্বা ধর্ম্ম পুম্নমক থাদোক্কদবনি অসিনি। গোরিয় বৈষ্ণব ধর্ম্মসি লৌরবদি মহূগী শাখি ওইনবা চন্দন খিনগদবনি, খিন্দবা য়াদে। অসুম্না চন্দন খিল্লবা প্রজা মীয়ামদগী য়ুমথোং শিংনা চন্দন খিনবগীদমক শেল অমুক থায়গৎলি॥ মতবু চন্দনগী শেনথাই কৌই। অনা মঙানি। শেনথাই অসি পীদবা য়েৎলুবা য়াওরবসু ব্রহ্মসভানা মাংহনগনি। মসিগুম্বা থবকশিং অসি তৌন-বগীদমক রতন হায়বা কম কয়া হাপই। রতন্না মাংই হায়হুনা হেক্তা ইস্নোকপা ওমই। মাংহনপ্রবশিংত্তু লোইনা শেংহনবা য়াই। ব্রহ্মসভানা মাংহনপ্রবা মীবু শেংদোকপা তারবদি শেন্তেক লুপা ৮৫ ।/০ পীগনি। মহারাজনা মাংহনপ্রবদি লুপা ৫০০, সনখ্যা অহলনা মাংহনপ্রবনা লুপা ২০০, রতন্না মাংহনখিবা শেংদোকপা তারবদি শেন্তেক লুপা ৫০ থীগনি। হায়রিবা শেলশিং অসি সরকারগী শেঙ্গাওদা কাবা নত্তে। ব্রহ্মসভাগীনি। চন্দনগী শেন-থায়দি গৌড়িয় ধর্ম্ম শন্দোকপা লাকপা গোশাই কাঙবুহুনা

দাই। অসিগুম্বা অওং-অনৈ কয়া অসি শেংদোক্নবা প্রজাগী সেবা তৌনবা "মণিপুর সেবা কমিটি, প্রজা মণ্ডল কয়া শেমদুনা ইরাবতনা প্রজাগী সেবা তৌখি।

## নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা

ব্রহ্মসভাগী মরুম থুপ্লবা প্রজা মীয়ামবু ওৎলিবা অসিগী মায়য়োক্তা অচৌবা আন্দোলন অমা তৌনবগীদমক মহাক্কী মরুপ বঙ্কবীহারী শর্ম্মা, ললিত মাধব শর্ম্মা, কাঙ্গাই, বীজয়, মাঘনচিংবগা লোয়ননা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা শোক ১৯৩৩ দা লিংখৎখি। মহাসভা অসিগী প্রেসিডেন্ট অমসুং ভাইস প্রেসিডেন্ট সার চুরাচান্দ সিংহ অমসুং হিজম ইরাবত সিংহনা মথংশিংনা ওইখি। চুরাচান্দ মহারাজদি বৃটিশনা কে, সি, এস, আইগী মিংথোল শোক ১৯৩৪ জনুয়ারীদা পীখিবদগী মহাসভাদগী লাপথোকখিত্তনা ভাইস-প্রেসিডেন্ট ইরাবতনা প্রেসিডেন্টকী থবক পুখোই।

মহাসভা অসিগী মথাদা ইরাবতনা মাংব শেংবগী মায়রোক্তা অকনবা থবক পায়খৎলকখি। প্রজানা শেম্লেক থীদ্রে। অমাংব বনি হায়না ইম্বোক্লবা অশিবশিং, মশানা মী থোমহনা পোৎলোয়রে। লৈনুং চন্দুনা কুমগ্রবা অশিবশিংবু লোথোক্নুনা পোৎলোয়রে। লৈবাক্কী কাচিন কোয়াদগী পুং-ঈশৈ তৌবা কয়া থোমগত্নুনা মশানা ঈশৈ হন্দুনা হিন্দু গৌড়িয় ধর্ম্মগী চৎনবী

মতুংইন্না শ্রাদ্ধ শোল্লে। মসিদা য়াওবা পূন্নমক ব্রহ্মসভানা লোইনা ইম্বোক্লে। নিংথৌগী মীওই খরতা ভায়হৌরগা মীয়াম লোইনা ইম্বোকখিবনা চৎনবা য়াক্রে। অসিগুম্বা গৌড়িয় ধর্ম্মগী মরুম থূগ্লগা ব্রহ্মসভানা মীয়াম ওৎলম্বা অতু মরু ফুক্তোকখি।

## মহাসভানা রাজনীতি দল ওইরকপা

শোক ১৯৩৮ ইংদা চীংঙাদা কমথিবা ৪শুবা অধিবেসন্দগী 'হিন্দু' হায়বা রাহৈসি লোথোক্কুনা "নিখিল মণিপুর মহাসভা" হায়বা মিং অসি ওনখি। মসিগী অধিবেসন অসিগী অমসুং মহাসভা অসিগী প্রেসিডেন্ট ইরাবতনা ওইখি। অধিবেসন অসিগী রাজনৈতিক, অর্থনৈতিক অমসুং সমাজিক্কী মরীদা রারেপ কয়া লৌথি। রাজনৈতিক্কী রারেপ লোন্নুনা মণিপুরদা পোলিটিকেল পার্টি ওইরকপসি মসিনা অহানবনি। অধিবেসন অসিনা অমাং-অশেংগী মরীদা, ধর্ম্মগী মিংদা শেস্তেক কয়া লৌরিবা, পালা লোয়শঙগী শেস্তেক, য়াইরেক শন্থ্রি, পোৎথাঙ বেকার, পীয়ন, আমিনগী চাকথাক, দোলাইরেং, পাঁচ অনা চন্দনগী শেনথাই পাৎকী খাজনা, মাঙুলনচিংবগী মায়য়োক্তা রারেপ কয়া তাখি। রাজনীতিগী রারেপকী মন্নুংদা — (১) মণিপুরদা পুর্ণ দায়িত্বশিল সাসন লিংনবা, (২) চীংতম সাসন পুনশীন্নবগী, (৩) লাঙ্গোল পায়বনা লোগী মপু ওইনবা কৃষক মজদুর লিংনবা, (৪) সাবালক ভোট, (৫) রাণী গাইডিলু থাদোকদবনি হায়বনচিংবা কয়া লৌথি।

থংদা ৱারেপশিং পাঙথোক্লবা হোংনবদা শ্লোগান কয়াগা লোয়ন
না ষ্টেটমেন্ট কয়াসু থোকখি। মানা হায়খি :— "মণিপুরগী
দরবার মেম্বরশিং অ'স মহারাজগী অপাম্বা মীওই থন্দুনা হাপ্লনা
ঐখোয়গী লৈবাক্কী সাসন তৌরি। দরবার মেম্বরশিং অসি প্রজানা
খনজবা মীহুৎ নত্তবনা, প্রজা ঐখোয়গী য়াইফবা পুরকলোই।
প্রজানা খনজবা মীহুৎনা সাসন তৌরবতদা প্রজাগী য়াইফবা
পুরক্কনি। লোমী ইচিন ইনাওশিং! চৌকিদা ফম্লিবা অঙম অথৌশিং
অসিনা চৌকি তেক্কনা ওন্থরকপদা নোংমদি নখোয়গী নথুবাক্তা
ভারগদবনি।"

অসুম্না মানা পীখিবা ৱারেপশিং অমসুং ষ্টেটমেন্টশিংসিনা
সরকারদা থঙহনবত নত্তনা রাজনীতি দল অমগী শক্তমসু মশক
থেংনা উহল্লে। তানজা অসিদা মণিপুর ষ্টেট দরবার কমহনা
থম্লরে। নিখিল মণিপুর মহাসভা অসি রাজনীতি দল ওইরে,
মরম অহুনা সরকারগী কর্ম্মচারী অমত্তা মহাসভা অসি য়াওবা
য়াদে হায়হনা নোটিশ থোক্লে। নোটিশ অসিগী মতুংইন্না মহা-
রাজগী অমসুং সরকারগী কর্ম্মচারী পুন্নমক মহাসভাদগী তোক্লখ্রে।
ইরাবত্তি লম্নাইগী স্বার্থদগী মীয়ামগী স্বার্থনা হেন্না লুম্না লৌবদগী
চিংনবা লৈতনা পঞ্চায়ত মেম্বর ওইবদগী কম থাদোকখি। তলব
অমসুং লৌচা পুন্নমক থাদোকপত নত্তনা মহাক্কী লুপা মচাইবেম্মগী
তলব, অষ্টনলো, লৌচা পুন্নমক মহারাজদা লোইনা কথোকখি।
নিংথৌগী মচা ইবেম্মা ইরাবতকী মতিক চাবী লুপীনি। নিংথৌ মচা
ওইরবসু মপুরোইবনা প্রজা মীয়ামগী স্বার্থদা চংলিবা লম্বীহুদা

খুবৈ অমা লাম্বোক্তনা তুংইল্লীবী হুপীনি। অসুম্না ইরাবতনা হুংগ্রাই-য়াইকবা ওইরবা পুন্সি অমদগী থাদোক্তুনা কেম্না রারবা পুন্সি অমদা লেনগনি হায়না চঙলকপা খোদো অসি উবদা মণিপুরগী প্রজা পুম্নমক্না অকিবা, পুক্নিং ভুজুংবা পোকপগা লোয়ননা মীয়াম্না মাবু হেম্না হুংশিবা পোক্লরকখি। মতমচদা সরকারগী কর্ম্মচারী ওইবদগী তোক্তুনা ইরাবতকী তুংইল্লকখিবসি এলাংবম তোম্পোক সিংহ লৌরুংশঙগী কেরাণী মত্তোমতনি।

হুংগ্রাই য়াইকবা ওইবগী পুন্সি থাদোকপত নত্তনা ইরাবত অপাম-হুংশি, অকে-অমৌ, কল্লক-মীহোৎবা, অশাউবা, ময়ার কাবা, নত্তবা চীঙ্গাক চাবা, মশাগী ওইজবা থিবা পুম্নমক পুমথা থাদোক-তুনা অচম্বা পুন্সিদা লেনবা হোরকখি। মাগী রাথলদা প্রজা মীয়ামগী হেম্না কগৎপা হুংগ্রাই য়াইকবা পুন্সিগী অওনবা সমাজ অমা পুরকপা হায়বসিনা অমত্তা ওয়রবা লায়নিং ওইখি। ওরাংতা অঙম-অখৌ ওইরম্বা, ওসিনা মীচম প্রজাগী থাক্তা, ওরাংতা অথুম অহাওগতা য়াওরম্বা ওসিনা অকংবা চাবা ফংজ্রগনু তোকপা, চাক্তা থুমগতা চারগনু লেনবা, চম্প্রা মতুং অমা চারগনু লেনবা, চীং-মান, খুজং লৌমীগী য়ুমদা, কক্তা, চরু মরক্তা অহিং লেনবা অসিগুম্বা অওনবা মপোক অমগী পুন্সি মরেল লেনগ্রে। মসি কনাগীদমকনো? মরমাইগীয়া? নত্তে, মণিপুর প্রজা মীয়ামগী স্বার্থগীদমক্নি। বৃটিশপু মাপপুরগী নৈমায়দগী তাম্বোক্তুনা ইনীং তম্বা পুর্ণদায়িত্বশীল সাসন লিংজনা মীয়ামগী মথক্তা ওংলিবসি কোক্লবগীদমকনি। মতম অদুগী অঙম অখৌ খরনা মাবু অচাওবনি

য়না লৌনরবসু, ওংপি-নৈবিরবা প্রজা মীয়ামদি ইরাবতপু লাই-পাক্লি "যুগকী অবতারনি" হায়না শোয়খি, শোয়রি, মতুংদসু শায়হৌরগদবনি।

বৃটিশ সাসনা ভারততা ওংলিবা অসিগী মায়কৈদা ভারত শীনবা থুংনা ওল ইণ্ডিয়া নেসনেল মুভমেন্ট হৌরকপা অমসুং ক্রিমক ট্রুগল ( ইনীং তখগী লড়াই ) কয়া হৌর ক্রবহুগী মণিপূরদা মনি তারকখি। ভারত মচা কয়াবু তমথিবা মওংদা ওং-নৈরকপা, মহুগী মায়কৈদা ভারত জাতীয় কংগ্রেসকী নীংতম্বগী আন্দোলনদা গোখলেগী ফিদমগী মথাদা মহাত্মা গান্ধীনা লমজিংলনা মথল মথেলগী সত্যগ্রহ অমসুং আন্দোলন কয়া ভারত শীনবা থুংনা হৌরকখি। কংগ্রেসকী মনুংদা লোকমান্য তিলকী ফিদমগী মথাদা খুদিরাম, ভগৎসিং, নেতাজি সুভাসচন্দ্রনচিংবনা লমজিংলনা থৃংলাই কাওবা পায়বা ইণ্ডিয়ান নেসনেল মুভমেন্ট অমসুং নীংতম্বগী লড়াই কয়া চঙশিল্লকখি। লোকমান্যনা হায়খি :— ইনীং তখা হায়বসি ঐগী পোকপদা লোরঃ নয়রুবনি, ভারতমচানা মসি বৃটিশতগী ভিক্ষা নিগদবা নত্তে, মহুদা মখোয়না চানবীরক্লোই; মসিদা পেঙ্হোকপা পাখিদবা ইরৈ-পাক সুংশিবা পুন্নমক্লা মতিকচাবা চৈফু অমনা ইনীংতম্বা মুনগদবনি। অসিগুম্বগী খোল্লাও অসিগী মথাদা থৃংলাই পায়বগী লান কাওবা হৌরকখি। ভারত শীনবা থুংনা নীংতম্বগী লানকমদা অথাকপা নৈতনা মশা মশাগী ঈ বলিদান তৌনরকখি, থৎলাই কয়া কখোক্ল-রকখি। বৃটিশনা অসিগুম্বা আন্দোলন অসি নমথনবগীদমক লোয়োক্তা, লমজাওদা, কৈথেল্দা, মীয়াম তিনবদা মীচুংশি রাওদবা

মওংদা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংখি। মহৃদগী হেন্দোক্লুনা জালিয়ান ওলাবাগতা মীয়াম হোইজিল্লগা রাগিং পীবা তৌদনা জেনেরেল দয়ালনা নোংমৈনা কাপ্পুনা মুপী অঙাং থাক্কনা লিশিং লিশিংনা থুজিং ওইহনা হাংখি। কয়া অমনা বীচার তৌদনা জেলদা থম'খ। কযা অমনা সমুদ্র ময়ায়দা লোইথাখি। ভারত মচা কর্ম্মচারী লিশিংনা থুজিং ওইহনা থবক লৌথোকখি। সভা-কার মচিন মনাওবু লোই থাখি। ভগৎসিং, খুদিরামনচিংববু ফাঁসি তৌহনা হাংখি।

অশুম্না তৌরক্লবা নীংতম্বগী মৈরীসি বৃটিশকী ভয়থীরবা ওং-নৈবা অহূনা নমথবা ঙম্রমদে। অহোইনভম হেন্না কন্না ভারতকী কাচিন-কোন্না শীন্বা থুংনা শন্নহনা চাল্লকখি। মৈরী অহূগী মঙাল মণিপুরদসু য়োরকখি। অহুগুম্বা মৈরা অহূ পায়হনা ইরাবতনা কংগ্রেস টুপী উপ্লগা পূর্ণদায়িত্বশিল সাসন অমসুং বন্দে মাতরমগী স্লোগান লাউহনা নীংতম্বগী আন্দোলনদা থোঙদারকখি। বীলাতকী পোং শীজিন্নদবা হায়বা স্লোগান অদুগী মথাদা, মহাকী অমসুং মচা ইয়েম্মনা শীজিন্নরম্বা অনাদি ইমুং-মনুংগী বীলাতকী কিন্যোল পূরবক পুথোক্লুনা চৈরাপ মমাঙদা চৈ থাদোকখি। অচম্বা অনাইং-লং শীজিন্নহনা চন্না পুন্থি লেনখি। অশুম্না তৌবা অসি মণিপুরদা ইরাবত মতৌমতনি। মহাসভাগী কর্মী অয়াম্বা অনাইংলং শীজিন্নখি, অহূম্না মাথা কংগ্রেসকী টুপী উপ্লা অমসুং অনাইংলং শীজিন্নবসি কংগ্রেস য়াওবগী নত্তে, চুমথা ভারতকী নীংতম্বগী লড়াইদা জিনদ-

কাইটর অমা ওইবগী ভোলুন্টিয়ারগী ইয়ুনিফোম' ওইনা শীজিন-নবনি। মহাসভানা কংগ্রেস ওইবগী রারেপস্থ লৈতে।

অমুম্না ইরাবতকী মহাসভানা রাজনীতিগী লম্বলদা থম পেংনা চণ্ডশিল্পকপগা লোয়ননা মণিপুরগী প্রজা মীয়াম্না ইরাবতকী লমজিং মথাদা চণ্ডশিল্পকপা অসি উনদা নিংথৌ অমসুং মণিপুর সরকারনা নমথনবা থোৱাং কয়া লৌথংলকখি। মাংব-শেংবগী মায়য়োক্ত: মহাসভানা সমাজ সংস্কারগী থবক কয়া লৌথংলকপা অসিদা মরাল শীরগা ব্রহ্মসভাগা মাম্নরগা নিংথৌনা নিখিল মণিপুর মহাসভাবু মাংলে হায়না ইস্তোক্ল। মসিনা ব্রহ্মসভানা মণিপুরগী প্রজা পূয়মকপু মাংহল্লে হায়বা য়ারে। মমৈথংদদি ধর্মগী মিংদা লৌরবা শেস্তক শেনখায় কয়া ককথত্তুনা অওং-অনৈ মরু ফুক্তোকখি।

ইরাবতকী মাগী অসিগুম্বা থবকশিং অসি মণিপুর মন্নুংদদা ভোংনা লৈনাইংলক্লে। মণিপুরগী মপাল্দা ঢাকা, বর্মা, আসাম, কাছাড়নচিংবদা চং চত্তুনা ওর্গেনাইজেসন কয়া লিংথংলুই। ভারতকী নীংতম্বগী লানগী লুচিংবাশিংগা উনরুই। মরমসিদগীনি ইরাবতপু মণিপুরগী নেতা নত্তে হায়রিবা।

## থুঙংগী লৌমীশিংগী পুন্সি

মণিপুরগী মশীং রাজা শরুক্তা লৌউ-শিংউবা কাংলুপনি। মতম অদুগী পুন্সিদি অরাদগী মথক্লি। লৌমীশিংনা পুন্সি চুম্না

ভুমিৎ কাং, তিনকা-কাকথৈ, নোংজু-হুংশাদা ভূম্বা চাবা থওদনা লো উরুবা পোৎথোকশিং নিংথৌ মচা, কয়াইবা, লোয়াম চাবা ইনাক খুনবা কাঙবুগী মকোক্তা থিনগৎলুবা। শেনয়াম পায়বা বৃটিশকী এজেন্টশিংনা লোমীগী কোক্তা লৈজারিবা কৌ অহুমু মখোয়না মমল লেপ্তুনা সের ৫০ না মন শারগা লৌথৎলি। মখোয়দগী লৈরুবা কান্দনা সের ৪০ না মন শাহুনা পীরকনি। মখোয়গী মনীংনি। হায়রুবা য়াদে। লোশাল কোপোং ১২ তম্বগী নিয়ম লৈরবসু চৎনহন্দে। অহুগা অমুক পাং-কোমদা কুমহুনা ৬। কাজবা, ইনচিংজবা, মশাগী লৌরক্তা ৬। কাজবা, পাত্তগী থাংজিং, থয়ো-থম্বাল, থমচেৎ, লেম্ফু, পেম্বু হেকপা, ইকং থাদা কৌথা থম্বৌ তানবা, শীংগীদমক থম্নাথোক হেকপা খিবিক অসি য়াহন্দে। করিমুক হায়গনি অঙাংশিংনা থোংবান্দা থোই চোম্নদা ঈশিং শয়ে (জল সম্বন্ধিনি) হায়হুনা শেস্তক লোই।

অমুক পোইজু লোইরগা লমচাউদা চৈদা চত্তুনা ই খুদাপ অমা কান্নুবা, শীং কোকথোং অমা চন্নুবা য়াদে, পরা পরল অমা, উগী খুদেং অমা, শুক অমা, নাওংথোক অমা, য়েংপু অমা লম্বীদা পুহুনা চৎপা য়াদে। ইশাগী ইঙ্খোললা হৌজবা উ অচৌবনা হি শাজবা, যুম শাজবা য়াদে, পূম্নমক মাতল লৌরম্মী।

মতম অহুগী লম্বী থোং অহুকী মতিক কৎলমদে, লৌয়াইদা পোট অকিস লৈরমদে। লৈথোয়া খুকউ লুনা পুথনা ঈশিংদা লান্নুবা চৎনরম্মী। উয়োক থোং লানবদা থেয়া লৌরম্মী। খুল অমদগী খুল অমদা চথোক চৎশিন য়ানরম্মী। ইস্কাপ সহয়গী

ময়ায়দা দুগু খরদং থাবা নত্তনা অতৈ অমা তৌরমদে। করিগুম্বা চিঠি, রাইনচিংবা পাবা ভারবদি চেংজেন পুন্না খোঙনা মাইল কয়া লাপ্পা ইম্ফালদা চংনরম্মী। পাংপাল্লা ভাবা থুংশিংনা নিং-থৌগী কুম অমা চাবা ওক্লবা ঙা কংকনি। শাংলান লাক্লবদি প্রজা হৌদ্রনা চংকনি। কৈজনবা থুংলাই পায়দবা প্রজাগীনি। থুংলাই পায়বা ফুম্নাইবা, সেনাপতি চংলোই। মৈহুম অমগা মোরোক অমগা পুদুনা পাউ লাক্লবদি চাক চারক্লবসু তৌক্লুনা থুংলাই য়াওদনা কৈ ফাবা চংকদবনি।

থুঙংগী লাইরবাশিংনা নংলিবা থুদোংথীবশিং অসিগী মথক্তা সরকার অদুনা য়াইরেক শক্তি, পিয়ন-আমিনগী চাকথাক, পোথাং, বেকার, দোলাইরেংনচিংবা মথল মচৈলগী অওং-অনৈ অসি তৌরম্মী। সরকারগী থাজনা থোবা লাক্লবা মীওইশিং অদুনা খোমগংলিবা পৈশাশিং অদু থুলগী মীথা তৌদ্রনা অহিং শঙগনি, অদুগা প্রজানা খিনগংকনি। লোক্লংশঙগী কেরাণী, মুহোরী, পিয়নশিং অদুনা লাকপা মতমদা মখোয়না চানৌং-চানৌংবা পীজগনি। পালি তারিবা থুল অদুনা শীং, য়েঙ্খাং-নাপী পুরক্লুনা মখোয়বু পেন্নবা পীজগনি। থুঙংগী মশক-মতৌ কজবী নৈশাবী নত্রগা মৌ নহাশিংনা মখোয়গী মপুক পেন্নবা থোং-থাকপা, সেবা-লাংবা তৌগদবনি, তৌদবা য়াদে দণ্ডনি। মসিদা বেরা তৌক্লরবদি পাং তিংলগা কুপনি। থুঙং অমদগী থুঙং অমদা চৎপা ভারবদি নৈদোম ঈশিং মরক্তা পিয়নশিং অদুবু দোলাইদা পুগদবনি। রাবা য়াদে, শাক্তৈ থাগনি। চৌংমান, পাং-কোম, অকা-অকুম

দোলাইরেং, রায়েন পথাপনি। মখোয়গী মপোৎ-মচৈ মখোয়দা কংপা অংথমপোৎ থুল মথং মথং থিরগদবনি। পোথাং বেকারগী চৎনবীনি।

## লৌমীগী সভা

মণিপুরগী থুঙ্গংগী লৌমীশিংদা ওৎলিবা অসি থাঙবা ঙমত্রং-ছনা লৌমীগী পুন্সি কয়বা, থুঙ্গংগী স্বার্থ ডাক্তরগীদমক লৌমী কাংবু-লুপ মথে পুনবা দরকার ওই হায়বসি উরকখি। মরম অদুনা শোক ১৯৩৫ দা নম্বোলদা লৌমীশিংগী ওইবা অচৌবা মিটিং অমা সলাম হেরানন্দ সিংহ পঞ্চায়ত মেম্বরনা সভাপতি ওইদুনা তৌখি। মিটিং অদুনা "মণিপুর কৃষী সম্মেলনী" কৌবা লৌমীগী সভা অমা লিংখৎখি। লৌমী মরুপ অসিগী সভাপতি সলাম হেরানন্দনা ওইখি। শ্রীমাইযোম মধুমঙ্গল অমসুং শ্রীওক্রম ইবোমচা কবি-রাজনা মথংশিংনা জেনেরেল সেক্রেটরী অমসুং সেক্রেটরী ওইখি। অসিগুম্বা লৌমীগী সভা অসিগী হেড কাটর নম্বোলদা ওইখি।

কৃষী সম্মেলনী অসিনা আন্দোলন কয়া তৌখিবগী শ্লোগান-শিংদি :— (১) লৌমীদগী লৌ শংপা য়ারোই, (২) উতোং ৬৪ না শংবাই শাগদবনি, (৩) সের নিফুনা মন শাগদবনি, (৪) য়াইরেক শন্দ্রি কক্থৎলু, (৫) পিয়ন আমিনগী চাকথাক কক্থৎলু, (৬) পোথাং বেকার দোলাইরেং কক্থৎলু, (৭) পাৎ, জঙ্গোল প্রজাগীনি, মাকুল কক্দবনি, (৮) বেরা কথা কক্থৎলু, (৯) চন্দনগী শেনথায় লৌরোইদবনি। অসিনচিংবা দাবী কয়াগী

ান্দোলন তৌরকখি। সরকারনা রাজনীতি পার্টি অমা ওইনা
়রকখি। মরম অদুনা মীওই খরসু কিনরক্তুনা সভা অসি
াদোক্লরকখি।

কৃষ্ সম্মেলনী অসিনা মখল-মথেল কয়া থোক্লা আন্দোলন
লমজীংলকখি। ইয়াবতনা লমজীংদুনা মাংবা শেংবগী মায়য়োক্তা
তৌবা আন্দোলন অমুদসু মপুং ওইনা শরুক য়াখি। হিদংময়ুম
অমুবা শর্ম্মা কৌবা অমবু ব্রহ্মসভানা রতন হাপ্তুনা মহাক্লা নম্বোলগী
মী কয়াবু মাংলে হায়দুনা ইস্লোকখি মদুগা মায়য়োক্তা সহি
য়াম খোমদুনা ওক্রম ইবোমচা কবিরাজ, কৃষী সম্মেলনীগী সেক্রে-
টরীনা লুচিংদুনা পি, এম, এস, ডি সাহেবতা দরখাস্ত থাই।
তাং ২ | ৪ | ৪০ ইংদা ইবোমচানচিংবা মীওইশিংবু দরবারনা
কৌখত্তুনা বিচার তৌই। নম্বোলদা কয়ারক হল্লা পব্লিক মিটিং
তৌদুনা প্রতিবাদ তৌই। ইবোমচা কবিরাজনা মিটিংদা রতন-
শিংনা তৌরিবা অওং-অনৈ কয়াবু অকনবা প্রতিবাদ তৌবসিদা
রতন অমুবনা ইবোমচাগী মথক্তা কেশ তৌরুবদগী দরবারনা তাং
১৪ | ২ | ৪১ ইংদা কৌখত্তুনা বিচার তৌই।

হিয়াংথাং লাইরেম্বীগী থৌগল ওইনা নিপা পালা ঈশৈ
শকপা চত্তবা য়াদে! চত্তবা খুদ অদু শেস্তেক ১০ দগী ৪০
কাওবা লৌই। পুংলি, করতান মরীনা শেস্তেকী সমগী। মদুগী
মায়য়োক্তা আন্দোলন কয়া তৌই। ঈশৈ শকপা কাদবগী পালা
লোয়শঙনা ওক্রম ইবোমচা, সুবলবচিংববু কৌখংলে। শেস্তেক
তাক্লে অদুবু পীবিত্রে। মতুংদগী দি শেস্তেক লৌবসি তোকখি।

কৃষী সন্মেলনীগী কর্ম্মীশিংনা সেবা সমিতি শেমগৎনা প্রজ্ঞা সেবা তৌবসিগী মমাঙদা পাঁচ অনা চন্দলগী শেনখায় অমদি পোৎথাংগী মায়য়োক্তা অকনবা আন্দোলন কয়াম্‌ তৌখি। মতগী লুচিংবশিংদি :—(( নিংথৌজাম্বা য়াওজব ( খা-জিরী ), নাওরেম ইবোজাও ( খা-জিরী ), নোংমাইথেম পনচাই ( কোইজিং ). লৌক্রাকপম অঙাতোন অসিনচিংবনি। মখোয় অসিনা লুচিংদুনা চন্দলগী শেনখায় পীত্রে লোয়ননা পোথাং পু হায়বা য়াদ্রে। প্রতিবাদ সভা কম্বা তৌরে। মণিপুর সরকারনা মখোয়শিং অসিবু শিলং জেলদা চহি ৫ গী জেল পীখি)) আন্দোলন অসিগী হেড কাটরদি নম্বোলদা ওইখি।

মসিগী মতুংদা মণিপুর কৃষী সন্মেলনীনা লৌমীশিংগী ওইবা দাবী কয়াগা লোয়ননা আন্দোলন তৌরকপনি। মসিগী হেড কাটরসু শোক ১৯৪৭ কাওবদি নম্বোলদা ওইখি। শোক অসিগী মমাঙদদি সভা অসি ওল মণিপুর কেরেক্টরদি লৈজরবসু মণিপুরগী কাচিন কোয়া থুংনা ওর্গেনাইজেসন তৌবদি ঙম্লমদে। সভা অসিগী মরুওইবা কর্ম্মীশিংদি :— ওক্রম ইবোমচা কবিরাজ, মাইমোম মধুমঙ্গল, সলাম তোমাল, হরাইবম থম্বৌ, মোংজম সুবল, মোংজম তোম্বা, লম্ফেল, ইবোমচা, নাওরেম নরত্তম, মেরা নাগা অসিনচিংবনি।

কংলবা মতমসিদা মহাসভানা ভুমিন্না লৈথোকপা চুমদে, ইমা ইবেমগী মপামগী তাঞ্জিবা ঙৌগী লমন শিংবা চুমদে [illegible] থনবদগী শ্রীযুক্ত লোংজম বীরেন, শ্রীযুক্ত ভগেন্দ্রজম বোকুল অমসুং ইবোতোম্বীমচিংবনা লুচিংদুনা তাং ১২ গী নুমিৎ অসিমতৌ নুংথিল পুং ৩-৩০ দা ভাবা মতমদা প্রজা মীরামগা লোয়নবা পুলিসলেন্দা মিটিং তৌখি। মনিপুরগী নুপা মচাগী অন্দোলন লমজিংবা মীরামগী সভা অমা কখা অমসুং লমজিংবগী বাবেল লৌবগা লোয়নবা লমজিংবিনবা লৈভবদগী তৌরম থত্তবা মনিপুরগী মীরামবু লমজিংবিনবগীদমক মহাসভাগী প্রেসিডেন্ট ওইরিবা শ্রীযুক্ত হিজম ইরাবতপু কহারদগী টেলিগ্রাম তৌদুনা কৌথোক্লবগী বারেপম্ভ লৌখি। মহাক মকমতদা মীরামগী থবক তৌদুনা লৈরম্মী।

## মনিপুর মহিলা সম্মেলনী করম্না লিংথৎখি।

নুংথিল পুং ৩-৩০ বোম ভাবা মতমদি। যুবরাজ বুদ্ধচন্দ্রনা মীরামদা আপিল অমা তৌখি। মহাক মপাবুং মহারাজ লাক্লি বা কাওবা চেং থাবা থিংলে হায়না। বাহৈশিং ভাবদা মীরাম থরদি অপাওবা হনথৈ। অদুবু মনিপুরদগী মারবারী ভাংলোক-কনবনি, মিলনা চেং তকপা থিংদবনি হায়বা দাবী অসিদি হাংলিবনা মসোমদা মপুং ওইবা স্লোগান ওইরক্লে। নুপী মীরামদা থুইদবল কোম্বোদা চৎশিনক্লে। নুপীলম্ভা লমজিংবী শ্রীমতি নপীদেবী, শ্রীমতি থমেং ভাভী, তোংগোবী অমসুং চাইশীতোন নচিংবনা লমজিংদুনা মারবারী ভানবদা মপুং ওইরক্লে

মীয়ামমা কল্লবী চুকান যুগাইবা হৌরক্লে। অমুমা তৌবা অসি খুমিদাং পুং ৯ লোম তাবা মতমনি। থূদক অসিমক্তদা মণিপুর সরকারনা মণিপুরদা মিল ১৮ খিংলে, কিতা লৌখোক্লে হায়না লাইথোক্লে। মীয়ামগী পুক্লিং থরা লেম্লচুনা লুপী মীয়ামগী মিটিং অমা তৌরে। মনিপুরদা লুপী মীয়ামগী সভা "মণিপুর মহিলা সম্মেলনী" হায়বা অমা লিংথৎনবা হায়েপ লৌবগা লোয়ননা মণিপুরদগী পুলিস রিজার্ভ তাম্বোক্তি বমথৈ কৈথেল কাদবা হায়বা বারেপসি লৌরগা মুমিৎতুদগীদি যুমদা হমখি। খ্বাইরবন্দ কৈথেল চহি অমা পুরা চুপ্পা কাখিদে। মতম থরদি মণিপুরগী অয়াম্বা কৈথেলম্ব লেপখি। অমুমা লুপীনা খ্বাইরবন্দ কৈথেল কাবরনা লুপানা চহি অমা কৈথেল কাবদগী হৌজিকী "লুপা কৈথেল" হায়রিবসি খোনখিবনি।

মথংগী তাং ১৩ ডিসেম্বরদা মহারাজনা মণিপুরদগী চেং থাবা খিংনবা হুকুম অমা পোলিটিকেল এজেন্টতা থারকখি। তৌই-তবম্বং লুপী মীয়ামনা মিল মপুশিংদা মখোয়গী মিল চলাইরোই হায়বগী অইবা য়াশকচে পীখু হায়না তকশিনখি। অদুবু কুমিৎ অসিগী খুমিদাংদা মিল মপু অমনা উম্না কুৎলে হায়বা তাবদগী লুপী মীয়ামনা কুজিরকখি। পোলিটিকেল এজেন্ট জিমসন্না ইলেক-ট্রিক স্বইচ লৌখোক্লবা হুকুম থোক্লবা কান্দনা লুপী মীয়াম লেমথচুনা যুমদা হনখি।

## হুপী লান্দা ইয়াবত

অন্দোলন লেপ্পা লৈতে। মণিপুরগী প্রজা মীয়াম্না তোকপা অমা মতম অদুদা খাঙ্গ কয়া শন্দোক্লকে মদুদি—মীয়ামগী অরাবা অসি কোক্লবগীদমক অনৌবা নিংথৌ অমা অচৌবা শামু তোংদুনা লাক্লগনি। অসিগুম্বা রাইজিশিং অসিদা মহাসভানা থুদোংচাবা লৌদুনা হাতাক অদুগী মায়রিবা অচৌবা শামু তোংবা হুপা অদু মথোয়গী লুচিংবা ওইগনি শন্দোক্লমী, তাঙ্গা অসিদা হুপী লাল হৌবা মুখিৎ ৪/৫ নি লৈরবা মতুংদা ইয়াবত লাক্লে। মহাক্না লাকপগা মহাসভাগী কার্য্যকারী মিটিং কৌদুনা কয়ে। সর্ব্ব শ্রীমাধো, বঙ্কো, ললিতমাধবসিংবা কাওবু অমনা হুপী লাল শোগৎলিংলে। ইয়াবতনচিংবা কাওবুনা শোগৎকদবনি হায়রে। মতম অদুনা মহামন্তা কায়রে। ঐ খারবা কাওবা উশিন্নদনা লৈবা চুমদে অন্দোলন শোগৎকনি হায়রা শ্রীকন্হাইসিংমনা লৌরগা মীবেম্ শোগৎলদনা অন্দোলন শংথংবগীদমক পুলিস লেপ্পা প্রজা মীয়ামগী খনিনবা মিটিং খরা তৌখি। অসিদা প্রজা সম্মেলনী শেমখি। ইয়াবতপু সভাপতি অমসুং সভাগী সেক্রেটরী শ্রীতোমপোকপু সেক্রেটরী ওইখি। ১। মণিপুরদগী মারোয়ারী তানখনবনি ২। মিলনা চেং তকপা থিংগদবনি ৩। চেং পীদু হাবকপী মণিপুরগী ইমা ইবেনশিংগী মীঙৎ শনন থিংগদবনি। ৪। আইন সভা লিংথগদবনি হায়রবদা মপুং ওইবা প্রোগাম ওইরকখি।

ইরাবতনা মণিপুরগী মকম থুদিংমক শীংবা থুংনা কোয়চৎ চৎতুনা মীয়াম শাগৎখি, সম্মেলনীগী সাথা কয়া লিংখৎখি। গ্রূপ মিটিং কয়া তৌখি। অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং থাবদে, পোথাবে কোয়না চৎতুনা মিটিং তৌই। অমুম্মা কোয়না গ্রূপ মিটিং তৌবদনা লোইশিনকপসিদা মকম চাবদা পব্লিক মিটিং তৌই। মনিপুরগী মীয়াম্মা অঙকপা কংনা ইরাবতকী তুং ইনকখি। সম্মেলনীনা মপাঙ্গল কনখৎলকপসি ঊশিং ইচাওশুম্মা হেনগৎলকখি লোয়মনা মনিপুর মহিলা সম্মেলনীবু লমজিংলকখি।

অসুক কন্নবা লানকসিদা মায়াবী অমদি কওবা মীওই থবগী খোইমশিন্নগী চেং পাড়ী, কৌ পাড়ী থৱ ডিসেম্বর তাং ২৮ দা লাকখি। মুপী মীয়াম্মা মালাদা ইন্দুখিবগী মসিদা কেথ তৌরদুনা হৌ পুলিসনা মুপী ৫ বু পুখোক্লুনা তবান লৌনবা তৌরকখি। মতুংদা য়াদতনা মুপী মীয়াম্মা পুলিস ইন্সপেক্টরবু পুং কয়ামুক চুম্মা কোয়শিন্দুনা থমখি। পুলিস ইন্সপেক্টরনা অচৌবা আক্কম মুপী ১বু খোৎপাক্লা ব ওখি লোয়নমা মীয়োনবী মুপী শ্মাগী মপুক্তা খোংপাক্লা কাওখি। ইন্সপেক্টরদু কাংলোং লাউনরকখি। মখাক কোৎংগোয়দা চেনশিনখিদুনা নানখোকখি। খোদোক অসি ডিসেম্বর তাং ২৯ দনি।

অক্কোলন্দা অকায়বা করম্মা পিরকখি।

মতম অমিদা মনিপুর স্টেট দরবার য়াম্না তোয়না কমখি। ইরাওতপু বেথা পাইবেন' মথাক শিন্দুনা নখখনবা হোৎনরকখি মসিদা য়ামদুনা রাজকুমার প্রীয়ব্রতনা লুচিংদুনা মণিপুরগী হে

থাবগা কয়া হোৎনরকখি। মণিপুর মহিলা সম্মেলনগী বারেপ
কৈথেল মতম কুইনা কাখিত্রবা অহ্ন কাহেমবগীদমক ডাক্তর লৈরেম
লুচিংডনা কয়া হোৎনরকখি. মীওই মচানা মহাসভাগী মী শারগ
মণিপুর মহিলা সম্মেলনগী মী শাবা স্থপী থয়া য়াওনা দরবারদ
দরখাস্ত অমা থারকখি। মরোলদি:— "মণিপুর মীদেশী কারবার
পুড়া মুথৎকন্নু, মারবারী পুড়া তাম্বোকপা চুমদে মরমদি কার
বারগী মরম পুমহো হোরবদি মণিপুর য়াগনি। চামদা কুম্ভ্রাগি
মীদেশী কারবার লৈহন্নু" হায়বদি মণিপুরদগী চেং থাদোকপ
চামদা কুম্ভ্রা য়াহন্নু" পুমথিং থিংগন্নু হায়বনি। মসিগুম্বা প্রব
মীয়ামগী য়েক্লবশিংসি কনা কনানো থিগৎনরকপদা সম্মেলনগী
মরু ওইবা নেত্তা শ্রীতোম্পোক য়াওরম্লে। মরম অদুনা মাবু সম্মেল
নীদগী তাম্বোরক্লে। তোম্পোকী মহুৎতা লোংজম মীজমনা সেক্রেটরি
পুহৌই।

ইরাবতনা মীয়াম থাগৎপসিদা দরবারনা কামব', মরাক
পীনবা মথল মথেলগী উপায় শিজিন্নবা হোৎনরক্লে। মাখা মীয়ামগী
মিটিং মথং মথং থুবাই, লমলোং, কোংবা, য়াংথৈ, নম্বোল, ইয়ে:
বম, শওম্বুংনচিংবদা তৌরকপগী ৭গুবা পুলিসলেন্দনা ৪গু
মিটিং অমদা ইরাবতনা য়া তাওখি— "মীয়ামা টেলিগ্রাফ অফিসব
থোংদোক নিংশিংবীয়ু। ঐখোয়না চেং পিয়ু হায়রুবগী পাওখু
খুড়িয়া পীবা, নোংমৈ শুম্বানা সুবা। চেং থুবা অ
কুংনবা হায়জবদা মৈ থুজোক অমগা শিন্নবা। মৈগী লমলৈ
শিন্নুনা চেং থাবা থিংগদবনি। আমনশিং অমদি ইমা ইবেম্বী

কার্দিং কো ওপরেটিভ ওইদুনা নিংথিনা থবক তৌরিবা কিন থু-মিতাইঙ ওইনা লৌখনা লৈরি।

## ইরাবতকী জেল রিফোর্ম অন্দোলন

শোক ১৯৪০ গী মার্চতা ইরাবতপু চহি অহুমগী জেল তাংদুনা মণিপুর জেলদা চঙখিবদা লৈরবা জেলগী অবস্থা রাজনীতি বন্দিশিংগী থক্কম মতিক চাবা মকম অমম্ব ওইরমদে। বন্দীশিংবু বণগী মহৎশিন্দুনা থাউগী কোল্লু শুরহল্লম্মী। পৃথম হেন্নোং থাউদনা চাক পীজে। মীনঃ চাবা যাবা চিপ্রাক পীজরমদে। কি মাওদনা উপাক মথক্তা হিপহল্লম্মী ইরাবতনা বন্দীশিং অসিগী অপুনবা শাগৎলগা জেল মনুংদা অন্দোলন তৌরম্মী। মাগী থবকসিং অসিনা মরম ওংদুনা ইরাবতপু মণিপুর জেলদা মাগী অরাং যিরাং অদু চুপ্না থবা সরকারনা পাম্লমদে। মখু শিলেট জেলদা টাংকার তৌখিরম্মী

শিলেট জেলদা ইরাবতকী যাম্নবকী ট্রেনিং সেন্তর অমগুম্বা লোকথি মতমসি ভারত থিং-তবগী অন্দোলন কনাশিন্নকপা, ইয়ুরোপকী নাজি জর্মন হিটলারগী মথাদা পৃথিবী যোংলগে মতাংগী খোরাং কনশিন্নকপা জাপানমসু কেফিতমগী মথাদা তকশিন্নকপা মতাংনি। ভারতগী বৃটিশ তাঙোক্লবগী আন্দোলন কনশিন্নকপা অসিদগী ভারত শিনবা থুংবা রাজনৈতিকমশিংগী নেতা অমমম্ং কম্মি কয়া কাঙ্ক্দুনা জেলদা থম্মী। শিলেট জেলগী মনুংদা কংগ্রেস অমসুং কম্যুনিষ্টকী কম্মি কয়া লৈরম্মে জেল মনুংদা জেল রিফোর্ম অন্দোলন কনা শাগৎখি। পৃথিবীদা লোকখিবা বিপ্লব কায়াগী, নিংতম্বগী অন্দোলন কয়া কম্যুনিষ্ট

মরৈরোক লেবা তৌবগী মমা ওইনা জেলদা চহি ৩ থম্লবা ফাওবা লেপ্লরুনা, মরৈরোক মণিপুরদা চঙবা যাদে হায়রগা দরবারনা হুকুম তৌরে। মরম অদুনা ইরাবত কাছারদা লৈবা তাখি। মহাক্কা [illegible]-রেদ কাটম ওইরগা ত্রিপুরা অমদি আসামগী মফম কয়াদা চৎলুনা লৌমিগী সভা শাগৎখি। লোয়ননা মণিপুরদা লৈরোইবা মাগী কর্মী কয়াগা উয়ন্দুনা লমজিংলু পীখি।

মোক ১৯৪৫ চঙলকপদা মাগী মুপী সনা টবেন্মগী অপোকপী মমা লৈথিদবগী সরকারগী পার্মিসন লৌরগা শ্রাদ্ধ যাওনবগীদমক মণিপুরদা খোরকখি। চহি ৬ কী মতুংদা ইরাবতনা মণিপুরদা লৈরুকপা মসিনা অহানবনি। শ্রাদ্ধ যাওনবা খোরকপা ইরাবতনা মণিপুরগী মফম কয়াদা মিটিং তৌদুনা মপ্লেননী শাগৎলি। মসি উবদা সরকারনা মিথেপ্তেং চঙলিরকপদগী মমা মরৈবাক মণিপুরথাদোক্লুনা কাছারদা শমুক হনখি। অদুবু মতুংদদি, বৃটিশনা ভারত থাদোক্লমদাই য়োরকপগা বৃটিশ সম্রাজ্যবাদী শিথরকপগা লোয়ননা ইরাবতকী মথক্তা মণিপুর চঙবা য়াদবগী হুকুম অদু কোযথোরলুগা মরক মরক্তা মণিপুর চঙনবা পার্মিসন ফংখি। ইরাবত কাছারদা মতিক মগুণ চাউবা নেটা অমা ওইনা লৌমখে। মোক ১৯৪৫ গী আসাম লেজিসলেটিভ এসেম্ব্লী ইলেকসন্দা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী কেন্দিদেট ওইখি। ভারতকী ৯ শুবা ফুবক মতাগী কনকরেন্স হৌজিক্কী বাংলাদেশকী লেজকেনা কৌবা মফমদা কেন্দিদেট ওইনা য়াওখি। ভারত পুম্বগী কেন্দ্র কিসান কাউন্সিলগী ওইনা থমখি। লোয়ননা ভারত পুম্বগী

লৌমিগী লেতা ওইখি। মহাক্না লুচিংবচনা মৈতৈ অগোর কুন্না মকমচুদা শাখি। মহাক্না লেংজবা লৌমীগী ঊৈশৈ শকখি।

## ভারত নিংতম্বগী লান্দা মনিপুর

প্রজা সম্মেলনীগী প্রেসিদেন্ট ইরাবতপু মনিপুর চক্রম্পনা কহাবদা লৈমিতৈদা মাগী একটিং ওইনা ভাইস প্রেসিডেন্ট খোংগোর অঙৌবা প্রেসিডেন্ট ওইনা পুহোই। জেনেরেল সেক্রেটরি তোম্পোকপু তাম্মোকপবা মথংদা লোংজম বীজয়না জেনেরেল সেক্রেটরি ওইহোই। ব্রিটিশকী মীনাই মোংহিলংগী খোংজি অচু থমৎচুনা নিংখা তদা মনিপুর অমা ওইবা মেতা ইরাবতনা পামই। মচুগী দমক অন্দোলন কয়া তৌচুনা লাক্লি। লোয়রবক্না লোক ১৯৪২ গী আগষ্ট তাং ৭ তা বোম্বেদা কবা ভারত কংগ্রেসকী অধিবেশনদা ব্রিটিশপু ভারতকী লৈবাক্নদগী তাম্মোকনবা "ভারত থাদোকউ" হায়বা বাবেপ লৌরবা মতুংদা থাজিজিনচিংবা লুচিং-বা কয়া ফাখিবা, ভারতকী মীয়াম, ব্রিটিশকী লোংথৈ শুনিন্দা হাংপা হৌরকখিবা অচৌবা অন্দোলনগী মৈয়াচু মনিপুর হৌরকখিদবা নত্তে। ইরাবতনা মনিপুরগী মীয়াম লমজিংলকলি হায়বনি ব্রিটিশনা মুন্না খঙই।

ইরাবত অমসুং মাগী পার্টিনা নেতাজী সুভাষচন্দ্রগা মরি থমচুনা মনিপুরদা লাম্মী লেমগৎচুনা ব্রিটিশকী মায়োক্তা লাল লৌমগী থৌরাং তৌখ্রে হায়না ৫০ ইন্দিয়া বেতিংদা অমদি ভারতকী খবর কাগজ কয়াদা ভারতকী বৃটিশ সরকারনা ইরাবতকী পার্টি প্রজা সম্মেলনীগী কর্মীশিং অমদি মেম্বরশিং মরি লৈনবা মীওইশিং ফাগৎচুনা লাংথাব ত্রিমিত্রি জেলদা

ওং-লৈবা হৌরক্রে। ইরাবতকী মথক্তা অমুক হন্না বারেন্ট ইও তৌরে। শোক ১৯৪০ গী অরোইবদা মায়ু দিকেল ওক ইন্সিটু কলগী মথাদা কাংনা থা ৮ তেল পিখি। মসিনা বৃটিশকী মথুন্তা অসিওবা তেলনি।

প্রজা সম্মেলনীগী কর্মী কয়ায় লাংথবান মিলিটরী তেলদা কাপতুনা তমথিরবা মওংদা ওংপা, মোংগৈ তুম্নামা ওবা, খোউডপ বুটনা কাওবা, লৈপাক্তা ভুমহনবা, চাক পিজদবা কোম তৌরগা লৈখোম মরক্তা অহিং লোং শোয়বা থম্মনচিংবা মীওইবা অমদা চৎলৈবদবা অওৎ-অনৈ কয়া তৌবা হৌরক্রে। অমাবা অমতি তারৈবদবা মশক্তি থুজংদা চঙ্গুনা পুশী অচাংশিংদা হৌনবা খাওৎ অনৈ কয়া কয়া তৌখিবা মীরোনবী সুপী কমাগী মপুক্তা খোডপাক্লা কাওবনচিংবা তমথিরবা শাবৎ কয়া চৎপা হৌরক্রে। মতাং অসিদা অমাবা কয়া থাওবিবা, সিপাহীশিংগা খাজোমচুনা তেম্না থামবা, চুরি মথাদা ইনথুবা লৈতে খুনীশিংগী সিংখেল থাগৎনিজাইনি।

## কমাম্না করম্না নিং-তম্বগী লান চংখি ?

ইরাবত বৃটিশ সরকারগা শীংনমক্লে। প্রজা সম্মেলনীগী কর্মী পুরমক অন্ডরগ্রাউন্দ চঙল্লে। ইরাবতকী আন্ডরগ্রাউন্দগী পুন্সিদি কহাবনা মপুংফি। অন্ডরগ্রাউন্ডর লৈরিভৈনা মনিপুর প্রজা সম্মেলনীন্না মনিপুরদা ওইরিবা ফিরব অহুপা চাম্না বিপ্লব অমদি লড়াই তৌনবা থওইথমক শেম শাক্রে। শোক ১৯১৭ তা রুসিয়াদা অক্টোবর বিপ্লব মায় পাকপা মতুংদগীদি পৃথীবীগী

মরৈবাক চিংবা পৌবা কয়া মণিপুরমচা কয়াক্তা নিং-তম্মী
ানকমদা ক্রিপস কাইটর মখা ওইবা থিংজিন্নবা খাম্বা থনিখান
চৌনবন্নবা অন্দরগ্রাউন্দা থমদি জেলদা থমাবা কয়া থাওনরবা,
াধারন প্রজানা বোম-ভোপ লোংখৈ মমক্তা লেপ্লবা, মখা মচা
কম থওনদনা লানচেম্নবা মতমসিদা মখাংতৈদা নিখিল মনিপুরী
হাসভা ওইরমদগী চেনখ্রবা অমদি তাঙোকখ্রবা মীওই থরদি
াম্নক্তা থিকা তৌহনা বৃটিশকী মতেং পাংহুনা, সি, আই, ডি
হুনা শেন তানখি অমস্থুং মপাগী ওইজবা থিথি। পোক
৯৪৬ অহুমাইদা শোইদনমক বৃটিশনা তারক থাদোকহুনা চহং
পনি থওনকপা কান্দা সাথনগী থক্তি পামহৌনবগীদমক মখোয়পিং
হুনা মনিপুরদা কংগ্রেশ লিংখৎনবা হোৎনরকখি।

---

## অহানবা শরুক

# মণিপুরদা অনৌবা রাজনীতিগী শতম

## মণিপুরদা ইরাবত হলক্লে।

শোক ১৯৪৫ দা ইরাবত মণিপুরদা হলক্লে। মণিপুরগী রাজনীতি দল অমত্তমক লৈরম্না হেন্না কন্না মণিপুরদা অন্দোলন চঙশিল্লকপনি। মাপ ওর্গেনাইজেসন পুম্নমক পার্টি অসিগী মথাদসি নিখিল মণিপুর মহাসভা, প্রজা সম্মেলনীনচিংবা মথং মথং দলশিংশি লৈরিবদা প্রজা মণ্ডল কৌবা দল অমনা প্রজা সেম্না তৌরমই। মপাঙ্গল শক্তি লৈবা দলদি নত্তে। অদুগুম্বা প্রজা মণ্ডল অদুগা হৌজিক থবক কন্না তৌরিবা প্রজা সম্মেলনীগা পুন্না কৃষক সভাগী মীওই কয়ামদু য়াওনা প্রজা সঙ্ঘ হায়বা পার্টি অমা শোক ১৯৪৫ দা শেম্মে। প্রজা সঙ্ঘ মণিপুরগী অমত্তা ওইরবা পার্টিনি। ইরাবত অদুমক প্রেসিদেণ্ট ওইরিবা অসিগুম্বা পার্টি অসিগী হিরেপতি মণিপুর লিংজবা লৈবাক ওইজবা, নিং-থৌগী মহুত্তা মবালক তোটনা মীথল তৌজবা সাশন লিংবা, মণি-পুরদা পূর্ণ দায়ীত্বশীল শাসন লিংবা মশাগী পার্লিয়ামেণ্ট লৈজবা কন্সটিটিউসন অমা শেম্বা, মীগা-মীগা মায়বা অনেম অয়াং লৈতবা সোসিয়েলিষ্ট সমাজ ওইহন্বা হোৎনবগা লোয়ননা প্রজা সম্মেলনীনা তৌরকপা দাবীশিং পাংথোক্নবা হোৎনবা অসিনি।

হায়রিবা পান্দম অসিগী মথাদা মণিপুরগী মফম মফম খুদিংদা শিনবা থুংনা প্রজা সঙ্ঘ শাগৎলি অন্দোলন কয়া তৌই। দিমোনষ্ট্রেসন কয়া তৌই। ইরাবতনা হায়রিবা পান্দমশিং অসি য়ৌনবা নবজিংদুনা দাবিশিং অসি তৌদুনা মণিপুর তৌরে

পি, ইবোমচা, লমকেল; চরাইরব থঙৌ, থোংগম সুবল, থোংজম তোম্বা, মাওবেম নবকুমার, খেত্রা মাপা, থঙৌ খোইদোং, মোইরাং সনাখা, লাইশ্রম খেত্রা মাইবিপোক, মোইরাংথেম তোম্বাল হৈরোক মাইবম অমুরাইমা শর্মা, মাইবম তেবা বাংদৈ, নোংথোম্বম মণিকচান্দ লৈমথোং মপাল, উসম তোনসাঙৌ কাই-খেনথোক, লোংজম তোম্পোক কোইজিং, লালবাপু শর্মা লখোই থুল, লাইশ্রম খেত্রা অসিনচিংবনি। মসিদা কৃষক সভাগী মহা-য়োল তোম্বুক্তিরাম্বশিংনা তুংইন্নি। মখোয়শিং :—অয়েকপম অচৌহল, য়াথো, নোংমাইথেম থমথোয়, খোইস্নাম হৈতোম্বা, থোংজম খেত্রা-সিং, থোংজম ইবোতোম অসিনচিংবনি।

ইরাবতনা ছাত্র মহাযোল করাম্ব য়েংবখি। মখোয়শিংদি নোংমাইথেম বৃন্দচন্দ্র, থোকচোম বীর, মোইরাংথেম মেঘচন্দ্র, লমাবম ইবোতোম্বী, নিংথৌজম বীরেন্দ্র, চাঙোম মহেন্দ্র অসিনচিং-বনি। হাকচিবা কর্মী পুখ্রক অসি পুম্না তাশিন্নগা মহোলদা খেন ওকিল ওইনা লৈরিবা কৃষী সম্মেলনগী অহুমশুবা অধিবেশন মহোলদা শোক ১৯৪৬ কী মে তাং ১৬ দা সর্বশ্রী থুঙ্রাকপম অতোংবাওনা সভাপতি ওইরগা কখি। অধিবেশন অসিদা সেক্রেটরী ইবোমচানা লৌমীশিংগী তঙাইফদবা দাবী অমসুং আন্দোলনগী মরমদা রিপোর্ট অমা পীখি অমসুং ইরা-বতনা লৌমীশিংগী হোৎজিকখ্রক তৌগদবা থবক্তী মরমদা নৈনখি। অসিগুম্বা কনফরেন্স অসিগী কৃষী সম্মেলনগী হায়না লৈরবা মিং অদু মণিপুর কৃষক সভা হায়না হোংদোকখি। ইবোমচা

কবিরাজবু অমুকম্থ হয়া সেক্রেটরী থমখি। ইরাবতপু প্রেসিডেন্ট থমখি। থোক ১৯৩৭ তগীদি সভাগী হেদ কাটর মখোলদা ওই-রম্মু ইন্কালদা হোংখি। সভা অসি মনিপুরগী কাচিন কোয়া থুংনা শম্নোক্লবা ওহোয়া পাকচাত্তিরবা অমত্তা ওইরবা লৌমীগী সভা ওইরকখি। সভা অসিগী রাজেত্তা রাজনীতিক ওইবা দাবী কয়াম্থ থা•শিন্নকখি। মতুদি:—(১) মনিপুরদা পুর্ণ দায়িত্ব-শীল শাসন লিংশব্বনি (২) মখালক তোটনা মীখল তৌগদবনি (৩) চৌং তম পুনগদবনি।

মনিপুরগী লৌমীশিং অমদি থুজংগী লায়রবা মীয়ামগী খার্থদা মখাগী দাবীশিং অসিম্থ তানখি:—( ) লৌশিংকী খাজনা কোক-দবনি (২) চৌং পাৎ-তুরেল নিলাম কত্তুনা লৌ উহনগদবনি (৩) থুজং থুদিংদা স্কুল লিংগদবনি (৪) লৌয়াম চাবা মুৎথদু (৫) লালোল পায়রবা লৌগী মপু ওইগদবনি (৬) লৌচা পথাপ শেমগদবনি (৭) লানগী কভিপুরন পীগদবনি (৮) একা-গাড়ীগী খাজনা কোকদবনি (৯) মাশুল ককদবনি (১০) থুজং থুদিংদা পঞ্চায়েৎ রাজ লিংগদবনি (১১) কো-ওপরেটিভ লিংগদবনি।

ইরাবতকী দাবীদি থবক ওহোকপনি: লমখাও লম্লেম কয়া, পাৎ কয়া লৌমী. মীয়াম হৌদুনা লৌ শিন্হোকপা মাপী থৌরাং থবক এহোকপনি। মচুমী অহানবা ওইনা হাওজৌ লৌকোলদা, অক্লোয়বদা তারিখ পুনদা কয়ামুক্তা কাংপোৎ ৩০০গী মখতা থোক্কুনা লৌ নিয়খোকপা ওদি কাওবা হাউবো কাৰিং কো-অপরেটিভ সোসাইটি ওইবা নিয়মনিতাই ওইনা লৈমি। এদিনী

মথং তাবা ওইবা মাখোন লৌকুম্বা লাইতোরবগী লৌমী মপোং ৩০০ মী মথক্তা পুম্না খোক্‌লুম্না পাং চাবগা লাইরম্‌দুনা লৌ নিংথৌরকপা থবকী শেংলবা ওক্তখনি। অসুম্না মণিপুরগী মকয় কয়াদা লৌরূপ কমিটি কয়া শাদুনা চঙশিনবা, থেংনবা হৌরকখি।

মাগী থুনং থুদিংদা স্কুল অমমম লিংনবা থৌরাংদা মুত্তি তিবা অমদি ঐোনেংবা স্কুল লিংখৎপা, থুক্সং অদুগী মীয়াম হৌদুনা স্কুল শক্ত শাবা, কৃষক সভাগী কর্মীশিংনা ওবা ওইবা মাগী শিল্লাখি। লৈকাই থুক্সংদুদগী ওবা ওইবা ওবা মীওই লৈ-মরূপা কৃষক কর্মী ওবাদু স্কুলদু থাদোকখি। মানা স্কুল লৈত্রিবা অতোম্বা থুল অমদা চত্নবা ওবা ওইদুনা স্কুল লিংখৎকখি। অসিগুম্বা মাগী থবকী থৌরাং অঙকপখি।

অমুক মাগী পকারেংকী মওংদি :— থুক্সং থুদিংদা থুল কমিটি অমমম শাগৎখি। থুল কমিটীশিং অসিগী নিয়মাবলী অমা মানা থুংনা শাইক্লোষ্টাইল তৌখোক্লগা যেখি। হয়াক-চিন্থী তাকপা, থংম-চৈনবা তাইশিন্নবনচিংবা থুল কমিতিগী মথৌনি। তসি কাওবা অদুগুম্বা মথলগী থুল কমিতি লৈরবা য়াওরি।

## অপুনবা রাজনীতি দল শেম্বা থৌরাং

মণিপুরদা লৈরিবা ওর্গেনাইজেসনশিং পুনশিন্দুনা অপুনবা রাজনীতি পার্টি অমা শেম্বা মমাংদৈদা নিখিল মণিপুর মহা-সভা য়াওরবগী তোকপরা, অসিগুম্বা লানফাওগী মতমদা লাইরকপা মীতা তৌরম্লা লৈরম্বা ক্লাংমু অমনা ওর্গেনাইজেসন পুনশিনবু

কৌচুনা তাং ১৮ | ৯ | ৪৬ ইং দা এরিয়ান খোলদা তিন্নরগা ওর্গে-
নাইজিং কমিতি অমা শাখি। কমিতি অসিনা জেনেরেল মিটিং
কৌখি। নিখিল মণিপুর মহাসভা, প্রজা সঙ্ঘ, কৃষক সভা
অমসুং চৌংগী প্রজাদল ও অসিদগী প্রতিনিধি অচুম অচুম লৌদুনা
কন্সৌলিডেটরী কমিতি অমা শেম্বা লেপ্লে। কমিতিগী উদ্দেশ্যদি
মণিপুরদা লৈরিবা সংস্থান পূম্নমক পূম্নপ পুনশিন্দুনা প্রজা পুম্নমক্কী
মহুৎশিনবা রাজনৈতিক সভা অমত্তা ওইনা থম্বনি।

তাং ৪ | ১০ | ৪৬ ইং দা কৈশামথোং রামনরাম লম্পাক্তা
পব্লিক মিটিং অমা কৌই। অদুবু নোংমা অভৎ অথম লৈতবদগী
এরিয়ান খোলদা মিটিং তৌখি। মিটিংগী সভাপতি ভুবন সনামা
ওইদুনা খোইমচানা সভা কন্দক তৌখি। বিনা সর্তদা ওর্গেনাই-
জেসন পুম্নমক পূনবা হায়বসি য়ানখি। অদুবু কৃষক সভাদি
রাজনীতিক দল নত্তে, লোমাগী সভানি মরম অদুনা থাগ ওর্গে-
নাইজেসন ওইনা লৈনিংবগী মত ফোংদোক্লখি। সভাপতিগী মতেং
পাংবা খোইমচানা বিনা সর্তদা দল পুম্নমক পুনবা হায়রিবা বা
দসিগী অর্থদা ওইদ্রে হায়রকই। তাং লৈরেম্না কৃষক সভাদি
পুনিংদ্রে, মা কাইথোক্লগা শেম্নবা প্রস্তাপ তৌরকখি। ইরাবতনা
কৃষক সভানা তিন্নিংবা তিন্নিংদবগী বা অমৌবা লৈতে। তাং
৯ | ৯ | ৪৬ তা লেপ্লরবনি, শুমিৎতুদা য়ানখিদ্রা হায়না হংলক-
খ। মীয়ামনা য়ানখি লাউনরকখি। খৌজিক পাল্লিবা রাজেপ-
শংসি মহাদয় পাল্লবনি অমসুং য়ানল্লবনি, খৌজিক প্রতিবাদ
তৌবদ চুমদে হায়না খোইমচানা হায়খি লোয়নবা পুক্নবা য়ানখি।

## ভদ্রলোক অমা সভাদগী তাঙ্খোকপা

অপুনবা পার্টি অসি শাবদা লেপ্লরক্লুনা মীহুৎ লৌবগী বা থম্লে। মহাসভাগী মীহুৎ ৩, প্রজা সঙ্ঘগী মীহুৎ ৩, কৃষক সভাদগী মীহুৎ ২, ওর্গেনাইজিংদগী ২, পত্রিকাগী ৫ লৌগনি। লুরিবদি মসিদা ইরাবতপু মেম্বর ওইনা য়াওবা য়াহল্লে। প্রজা সঙ্ঘগী মীহুৎ ওইনা থাগৎপদা সভাপতিনা লৌরোই হায়রে। মহাসভাগী মীহুৎ ওইনা থাগৎপন্থ লৌল্লে। মহাসভাগী মীহুৎ ওইবা কহ্নাই মপানা উইল্লো তৌরগা মাগী মহুৎতা হান্নীবু কারবন্থ সভাপতিনা য়াল্লে। কৃষক সভাগী ওইনা থাগৎপন্থ কাম্না মমিং কায়হৌদে হারক্লনা য়াল্লে। শ্রীযুক্ত পুয়গোপাল সনানা কল্লাংদন্থ ইরাবত, অমন্থ ইরাবত, মাইপৈ থুদিংদা ইরাবত, দল থুদিংদা ইরাবত, ইরাবতকী ইরাবত ঙাক্তা ঙাইবা নুপাসি য়াওবা য়ারোই চুমদে হায়রে। কহ্নাইনা মী অমনা দল ২/৩ য়াওবা য়াদে হায়বা নিয়ম লৈব্রা? মসিন্থ ওর্গেনাইজেসন ঙাক্তনি হায়খি। মনিংলোমদগী ভদ্রলোক অমনা লৈবাক্তী থবক তৌবদগী মকম থুদিংমক্তা য়াওবনি লাউরকখি। মথা তাবক্লুনা শ্রীমোংজম স্বল সিংহনা সভাপতিগী অনুমতি লৌরগা হিনা সর্ত্তদা মনিপুরগী দল পুম্নমক পুনবা য়াদে হায়রিবা মহাসভা অসিবু নিখিল মনি-পুরী মহাসভারা? নিখিল মনিপুর মহসভারা? নিখিল মনিপুর মহাসভা হায়বসিগী প্রেসিডেন্ট ইরাবতনি, মাবু মীহুৎ ওইনা থাগৎচবদা করিগী লৌরোইদৌরিবনো? মখিং মুৎপবা লৈখিরবা নিখিল মনিপুরী মহাসভাগী মরমদা করিগী পুথৎলি হায়না

হংলকপল্মী" সভাপতিগী তময়ফতগী খোইমচানা য়িকোন্নুসন্দা ইরিবা মহাসভাদুনি, পূনবা য়াই য়াদেদি মহাসভাগী মথক্তা অহুম তৌবা য়াগনি খুম্নকখি। সুবলসিংহনা খওজদহুনা হংলকপনি খুম্নকখি। অন্থবু খোইমচানা নখুৎ থাঙংলু লাউয়কখি। খুৎ থাঙংলকখি। মপান্দা খোকখ্রো হায়না হুকুম তৌহনা মপান্দা তোলুন্টিয়ারনা ভাম্বোকখি। মতুংদা খোইমচানা সভা অসি গোল মান খোক্লকপা য়াই খোঙ লোনশিল্লু কায়হনা লোনশিনখি।

মণিপুরদা কংগ্রেস করম্না শেমখি।

অপূনবা দল শেম্নবগী থৌরাংদা শাখিনা কায়নখা খোক্লে। ইরাবত য়াওবা য়াবোই হায়বসিনা সভাপতিগী অচেৎপা য়াথক্লি। শ্রীকৃষ্ণমুহোমনা কম্যুনিষ্টতি প্রজাগী থবক তৌবা পার্টি নত্তে, ইরাবতী কম্যুনিষ্টনি, অপূনবা দল অসিদা য়াওবা য়াবোই অসিনি। হৌজিক ভারতা কংগ্রেসনা মপূং ওইবা রাজনীতি পার্টি ওইদ্রগদবনি অসিগুম্বা দল অমদা ইরাবত য়াওবা ,য়াবোই হায়বসিনা মিটিং কন্দক তৌরিবা কাংবুগী অকনবা য়াঙাংনি। কম্যুনিষ্ট য়াবা মী-ওই, প্রজা শঙ্ঘ, কৃষক সভা অমদি নিখিল মণিপুর মহাসভাগী মীওই অমত্তা য়া ঙাংবা য়াবোই হায়বসিনা সভাপতিগী রুলিংনি। প্রজা সঙ্ঘ, কৃষক সভা অমসুং মহাসভাগী মীহুৎ মিটিংদুগী সভাপতিনা থনগদবনি, দল মশা মশানা থনবা য়াবোই অসিনি। মসিদা তথেম্নবম ইবোতোম্বীনা অকনবা প্রতিবাদ তৌমগী য়া কোঙদোক্লবা পার্টিসম নিরকপদা লাইশ্রম কহাইনা সপোর্ট তৌ-রকখি। কংগ্রেস কম্যুনিষ্টকী য়া পূশিন্নকপা, মহুনা থেরবা

থোকহনবসি মণিপুর মীয়ামগী শার্থ নত্তে হায়বদি কাংবু অসিগী মতনি। ইরাবতপু মেম্বর থনবা য়াবা য়াদবদা ভোট লৌনসি হায়দুনা লাউনরকখি। মসিদা ইরাবতপু য়াবা মীওই মথৈ থুং থাজংদ্রু হায়না খোইমচাশা সভাপতিগী তরকতগী লাউরকখি। অশিন অয়াং তৌরিবা মীওই তয়াম্বুক নত্তনা লোইনা থুং থাজংলে। মতাং অসিদা কৃষ্ণমুহোম্মা কমুনিষ্ট ইরাবত য়াওবা তকয়া য়ারোই হায়না কয়া কোওদোরকপদা বোকুলনা কমুনিষ্টকী বা পুশিন্নকপা চুমদে হায়রা কয়া য়েংখি। অরোইবদা লাইশ্রম জুগেশ্বরনা ইরা-বতনা কমুনিষ্ট য়াওরোই হায়রবদি য়াওবা য়াগনি হায়না মত পীরম্মী। মাগী সংস্থায়া মীহুৎ ওইনা থনজবা য়াদবা, প্রজা মণ্ডলগী মীহুৎ ওইনা থনবস্থু য়াদবা, মহাসভাগী মীহুৎ ওইনা থনজবস্থু য়াদবা, কৃষক সভাগী মীহুৎ ওইনা থনজবস্থু য়াদবা, তিন্নিবা মীয়ামগী ভোটনা য়ারবস্থু কমুনিষ্টকী বা পুশিন্নকুনা ওইবা য়া-দবসি শিন্নিবা কাংবুনা মণিপুর মীয়ামগী অধিকার যাওহনবগি হায়না বোকুলনা কয়া চার্জ তৌখি। মতাংসিদা ইরাবতনা সভাপতিদগী য়াথং নিয়গা বা ভাংবা হৌগৎলকপদা খোইমচানা মরক থৎতুনা ইরাবতনা বা ভাংনবগী মতম পীত্রে। বা ভাংবগী মতম পীত্রবা শুপনমগী ওইবা মিটিং অসিদা য়াওবা হোনদে হায়না ইরাবত মপান থোকখি। প্রজা মণ্ডলগী অধিকার যাওহনবা, মীয়ামগী বা লৌত্রবা, নিয়ম চংত্রবা, প্রজা মণ্ডলগী প্রেসিদেন্টপু মিটিংদা কৌরগা বা ভাংবা য়াহন্দবা, মহাসভাগী অমদি কৃষক সভাগীস্থু প্রেসিদেন্ট ওইরিবা মীওইদু অধিকার পীত্রবা মিটিংদিদা

১৯৪৭ কী নভেম্বর তাং ৩০ নোংমাইজিং নুমিৎকী সুংনিদা পুং ৫ তাবা মতমদা এম. ডি ইউ হোলদা মণিপুরগী চীং অমসুং তমগী দল ৯গী অপুনবা মিটিং অমা প্রজা সঙ্ঘনা কৌহুনা তৌই। মিষ্টর এম. কে. শিমরে তাংখুলোংগী চেয়ারমেন্না সভাপতি ওইবিদি ইরাবতনা মণিপুর প্রজাগী পুং´তাম্বীগ শীন সাথনগী দাবী অমসুং চীং তমগী ওইবা দাবী কয়া পুন্না চেংথিন্নবা অমসুং মণিপুরগী মাঙদা লাকপ থুদোংথিবদগী কনবা চীং তম পুমগী ইয়ুনাইটেদ ফ্রন্ট অমা শেমগী হ'ৎবী পুখৎখি। কৃষক সভাগী সেক্রেটরী ওক্রম ইবোমচা প্রজা সঙ্ঘগী লুচিংবা কহ্নাই, কুকী নেসনেল এসেম্ব্লীগী সভাপতি মিষ্টর লুনে অমদি সিমরেনা যা তাংখি। সভানা পু´ ৩ চুম্না থমরবা মতুংদা মথাগী রিযো-লুসনশিং অসি লেপ্পখি।

(১) ওসিগী মনিপুরগী চীংগী লৈরিবা দল পুম্নমক্কী অমসুং তমগী লৈরিবা দল অমায়গী প্রতিনিধিগী সভানা দল পুম্নমক্না তারিবা প্রজাগী অবস্তা ওইনা মায়বা প্রোগ্রাম তানবদা মপাঙ্গল কনবা চীং-তম অসিদা লৈরিবা দল পুম্নমক্কী অপুনবা ফ্রন্ট অমা শেম্বা অমসুং ফ্রন্ট অসি শেমদা মনিপুরগী দল পুম্নমক কৌনবা সংগঠন কমিতি (ওর্গেনাইজিং কমিতি) অমা শেম্নে। মথাদা ইরিবা দল খুদিংগী প্রতিনিধিশু কমিতিগী মেম্বর ওইনা থম্লে।

১। মিষ্টর এম, কে. শিমরে— তাংখুলোং
২। " লুনে— কুকি নেসনেল এসেম্বলী
৩। " কথংপাই— কবুই এসোসিয়েসন

৪ ডর —খুমমী ইবুংবিহম

৫। মিস্তর দেনা — মিতৈ ইবুংবিহ

৬। শ্রীযুক্ত ইবোমচা — মনিপুর কৃষক সভা

৭। এম ইবুঙোহল — নোংপোক অপুনবা মরুপ

৮। ইরাবত — মনিপুর প্রজা সঙ্ঘ

৯। মিস্তর স্থুনৈ মিয়া — মাওরিপোক

১০। শ্রীযুক্ত লমকেন — মৈতৈ মরুপ।

ইরাবতপু কমিটিগী চেয়ারমেন, শিমরেবু সেক্রেটরী লাপলে।

(১) ভারিবা কোহিমাগী রাজম অসিগী মরমদা নাগা নেসনেল কাউন্সিলগী মেটাশিংগা উনমনা লৈপাকী শান্তিগী মরমদা বা ওংনবা শ্রীযুক্ত ইরাবত সিংহ অমসুং লুনেবা মশাবা চৎকে হায়রবসি ওসিগী সভাগিনা য়াম্না কননি হায়না য়ারে।

য়ারেপশিংসি পাংথোক্রবা চৌংগী লুচিংবশিং উমরুই অমসুং য়ামগা পাকখি। অমুম্না চৌংথম পুম্নবগী অন্দোলন চংশিনবদি মনিপুরদা ইরাবতনা অহানবনি।

## মণিপুরদা অনৌবা শাসনগী শকল

ভারত শিনবা থুংনা নিংতম্বগী অন্দোলন কনশিন্নরকপদা মরম ওইদুনা বৃটিশনা ভারত থাদোক্লুনা চৎখ্রগা ভারতকী শাসন কংগ্রেসনা লৌখোবা তারক্লি লোয়ননা মনিপুরদসু মহুগী কনি ভারকপদগী সাশন পায়রবতু পাবা কাংবু থরনা কংগ্রেস শাগৎপা হৌরকখি। প্রজা মীয়াম্না তাঙকপা পূর্ণদায়িত্বশীল শাসন মনিপুরদা লিংখবা তারকপা মতম ওইরকপদা মরম ওইদুনা

মনিপুরগী দরবারগী প্রেসিদেন্ট বৃটিশকী এজেন্ট মিস্তর পিয়ারসননা মনিপুরগী কন্সটিটুসন অমা শেম্বা থৌরাং তৌরকখি। মহুগী-নমক কন্সটিটুসন মেকিং বোদি অমা শেমখি। ইরাবত অমসুং মনিপুর প্রজানা পাম্বদি মেম্না শক্তি লৈবা পার্লিয়ামেন্টরী কন্সটিটুসন অমা মনিপুরদা লৈবনি। মহুগী এম তৈনবদা পিয়ারসননা চৎশিনকখি। মসিগী কন্সটিটুসন অসি অদুকী মতিক দিমোক্রেটিক ওইদে। মনিপুরদা লৈরিবা মীওই খুদিংমক এম, এল, এ অমা খনবদা ভোট পিবা য়াহন্দে। লেন্দ পাম্বা মহাজন, থৌরাম পাম্বা, ঠিকাদার, লাইরিক লৈবা মীওইশিংমক ভোট পীবা য়াহল্লি। ঠিকাদার ওইরবদি ভোট লেপ্পা য়াদে। অদুক খনবা এম, এল, এ ৫৩ না মনিপুর ষ্টেট লেজিসলেটিভ এসেম্বলী ওইগনি। মেম্বর ৫০ অসিনা চিফ মিনিষ্টর খনবা ওইগে। চিফ মিনিষ্টরনা মিখলবা কায়কপা এম, এল, এ শিংবা ওইরগনি য়াদে। মহারাজনা নোমিনেট তৌদুনা হাপকদবনি। কেবিনেট মিনিষ্টরশিংনা তায়রকপা রায়েপ মহারাজনা মদি তৌদবা ওমই। মসিগুম্বা মখলগী দিমোক্রেসী নত্তবা য়াহৌবদগী ইরাবত অমসুং মাগী পার্টি প্রজা সঙ্ঘ অমসুং কৃষক সভানা কনষ্টিটুসন মেকিং বোদি অসিদ বোইকোৎ তৌদুনা য়াওদে। অদুম মহা-রাজনা সিংজেৎপদা তায়রিবা মনিপুর কংগ্রেসকা য়ায়নবা শেমখি। মসিনা মনিপুর সোসিয়েলিষ্ট পার্টিসু সপোর্ট তৌখি। এসেম্বলী অসি চৈ ৩ কী চাং দি। মফ ৩ লৈবা কাউন্সিল অফ মিনিষ্টর পাম্না লৈ। চিফ মিনিষ্টরনা প্রেসিডেন্টনি। কাউন্সিল অফ

মিনিস্তরগী স্টেট শাসনগী দাইত্ব পুরমক মহারাজনা লৈগনি। মহারাজগী সিভিল লিষ্টতা লৈরিবা এপ্রোপ্রিয়েসন একাউন্টতা এসেম্বলীনা য়েংস্নুবা য়াদে। অতৈ অতোম্বদি বিল ওইনা পুথোক্লুনা খন্নবা য়াগনি। এসেম্বলীনা পাশ তৌবা বীল অমা মহারাজনা য়ারগা আইন ওইনা চংনবা য়াগনি। য়াদবস্থ ওবই।

## এসেম্বলী এলেকসন্দা ইরাবত

মনিপুর কন্সটিটুসন এক্ট ১৯৪৭ অসিগী মথাদা লোক ১৯৪৮ দা মনিপুর এসেম্বলী ইলেকসন তৌখি। ইলেকসন অসিদা মনিপুর কৃষক সভাগী কেন্দিদেট ২৩ থাগৎপদা মচা কাখি। সিখোলদি য়ুম য়েকপনি। কৃষক সভাগী মচা অছুদি—

১। ইরাবত — উৎলৌ কেন্দ্র
২। ভগেন্দ্রমণি খোকুল — পাঙৈ কেন্দ্র
৩। অয়েকপম অঙাংহল — নম্বোল কেন্দ্র
৪। মাইবাম মধুমঙোল— পুংদোংবম কেন্দ্র
৫। খোকচোম শাথো — ককচিং কেন্দ্র।

দল দলগী ওইবা ফিরেপ্পু :—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেশ— | ১৪ |
| ২। | মনিপুর কৃষক সভা— | ৫ |
| ৩। | সোসিয়েলিষ্ট পার্টি – | ৩ |
| ৪। | হিল এরিয়াদগী— | ১৮ |
| ৫। | ইন্দিপেন্দেন্ট (প্রজা শান্তি)— | ১২ |
| ৬। | নোমিনেসন— | ১ |
| | অপুনবা | ৫৩ |

য়াম্না থুমা এম, এল, এ, অমা দিকেন্ত ভোঠুনা কংগ্রেশ য়াওখি। অদুবু কংগ্রেশনা সরকার শেমদি ঙমখিদ্রে। প্রজা শান্তিনা লুচিংবা কোয়েলিসন সরকার অমা শেমখি। মতুদা কৃষক সভা য়াওদুনা বোকুলনা ডিপুটি স্পিকর ওইখি। সরকার পায়বা কংহৌদবদগী মণিপুর কংগ্রেশনা মশামা শেমজবা কনস্টিট্যুসন অদুগী মায়োক্তা এসেম্বলী ঊথাইনবা হোৎনরক্নে। এসেম্বলী ঊথাইরগা মণিপুর অসি ভারত্তা জিনশিন্নবা অন্দোলন কয়া চঙশিন্নকখি। এপ্রিল তাং ২৯ দা গান্ধী মৈদান্দা তৌবা কংগ্রেশ সেসন্দা মণি-পুরগী কংগ্রেশনা ইকোং কোংনা মণিপুর অসি ভারত্তা জিনশিন্নবা বারেপ লৌখি। মর্জ্জ তৌবা মহারাজনা য়াদে. লোয়ননা ইরাবত অমসুং মাগী দলনা কংগ্রেশকী পোলিসিগী মায়োক্তা য়েৎচরমমু ঊপাই লৈখিদে। প্রজা শান্তি সরকার ঊথাইদুনা খোঙ ১৯৪৯ গী ওক্টোবর ১৫ দা মহারাজ বোধচন্দ্রমু শিলোংদা কৌরগা দলিল্দা মমতুনা সহি তৌহনখি।

## জিরামগী বাখোক

কনষ্টিট্যুসন অসি থুগাইরগা গোভর্ণমেন্ট ওফ ইন্ডিয়াগী পো-লিসিনা সরদার পেটেলনা ভারতকী লোংপোক চিদাইদা পূর্ব্বাচল প্রদেশ অমা শেম্নবা বাকয় অদু য়াম্না কনশিন্নকখি। ১৯৪৮ ইং আগষ্ট তাং ২২ গী লুংথিল পুং মরিমথাই ভাবদা মপান কাংলৈ-যুংদা তোম্পোক কংগ্রেশনা শীন্দুনা পূর্ব্বাচল প্রদেশ শেমবা মিটিং অমা তৌই। ভারত কংগ্রেশকী বার্কিং কমিটি মেম্বর,.বেঙ্গলগী

চীফ মিনিষ্টর ওইরবা ডাক্তর প্রফুলোচন্দ্র ঘোসপু থওইবা কৌথোক্লুনা বা চাওহল্লি। পূর্ব্বমণ্ডল অসিদা য়াওগদবা লমশিংদি মণিপুর, কছার, লুশাই পহাড় অমসুং ত্রিপুরানি। তাং ৮ দা কথা ভারত কংগ্রেসকী ৱার্কিং কমিটিনচু মায়েপ তাশিল্লকখি। অদুবু মণিপুরগী তোমাল কংগ্রেসনদি মায়েপসি য়াদিংদে। মসিগী কলহৌবা ওয়বা ইরাবত অমসুং মাগী পার্টিনা প্রজা মীয়াম থোক-হুনা অকনবা অন্দোলন চৎথিনখি। মসিদা সরকারনা ইরাবত অমসুং কৃষক সভানা সভাযাত্রা অমদি পব্লিক মিটিং তৌবা থিংলকখি।

মতম অসিবাইদা লেমরদা ডাইরিবা কংগ্রেস অনি থোক্লা কায়নরকখি। শক্তি যুমবদগীনি। তোম্পোক কংগ্রেস, তোমাল কংগ্রেস হায়না থচনে। অদুগা কংগ্রেসকী কর্ম্মীশিংনা গান্ধী টুপী উপ্লুনা ফিরাল পুদুনা মীগী উৎসব মেলা, লুহোংবা, ধর্ম্মগী থৌরোক অমদি শ্রাদ্ধ-কর্ম্মনচিংবদা চৎলম্লে। ১৯৪৭ অগষ্ট তাং ১৫ দা গুরুকুল স্কুলগী ওজা অমসুং ছাত্রশিংনা টুপী অমসুং ফিরালগা লোয়ননা শ্রীগোবিন্দজীউগী মন্দির চঙগে তৌবদা হল্লীনা চঙহন্দে হায়রগী মরিদা অচৌবা থাথোক ওইরখি। তাং ২৪ দা তোম্পোক্লা সভাপতি ওইদুনা মহারাজগী মায়োক্তা প্রতিবাদ সভা অমা কমখি। অথিংবা পুমনক থাওগনি হায়না মায়েপ তাখি। ফিরালগী সত্যাগ্রহ অচৌবা থৌরোক ওইখি।

## মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট পাটি

ইরাবত শিলেট জেলদগী কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর ওইরকখিবনি। শোক ১৮৪৮ দা মাবু সরকারনা মাওঙময়বা, হোৎনৈ। মণিপুরগী রাজনীতিদা কিবম লুরবা তানজা অসিদা মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎখি। শোক অসিমক্তদা হোজায়দা ইরাবতনা বোকুলগা লোয়ননা কিসান কনফরেন্স অমা য়াওব চৎলি। চহিসিমক্তদা অসাম প্রদেশকী কম্যুনিষ্ট পার্টিগী ২শুবা কনফরেন্স য়াওখি।

শোক ১৯৪৮ দা কলকটাদা কমখিবা ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী অনিশুবা কংগ্রেশতা অসামগী দেলিগেৎ অমা ওইনা য়াওখি অমন্থং সেণ্ট পোলস কলেজদা তম্লিবা থোকচোম বীর একজার্ভর ওইনা য়াওখি। শোক ১৯৪৮ দা হোদাম লৈরক তখেল্লম্বম ইবোতোম্বীগী য়ুমদা জেনেরেল বোদি মিতিং অমা কয়গা দিষ্ট্রিক ওর্গেনাইজিং কমিতিগী থাক্তা মনিপুর কম্যুনিষ্ট পার্টি লিখৎখি। তখেল্লম্বম বোকুলবু সেক্রেটরী খনখি। মহাক মনিপুর কম্যুনিষ্ট পার্টিগী অহানবা সেক্রেটরীনি। মেম্বর ৮ না মনিপুর কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংবা হৌখি। মখোয়ছুদি :— (১) হিজম ইরাবত (২) তখেল্লম্বম বোকুল (৩) তখেল্লম্বম ইবোতোম্বী (৪) লোংজম বীজয় (৫) লাইশ্রম কন্হাই (৬) তখেল অমু-শেন্থং (৭) তখেল্লম্বম ওংবী লুবতী দেবী (৮) থোকচোম বীর।

হেক লিংখৎপগা চহি অণিমকদা কম্যুনিষ্ট পার্টি মপাঙ্গল কনখৎলকখি। প্রজা সঙ্ঘগী মীওই অয়াম্বা কিনহুনা চংখে, খরা অমমা কম্যুনিষ্ট ওইনা 'অহৌবে, লোয়ননা হক্তব লৈখিয়ে। মণিপুর কৃষক সভাগী কর্মি অয়াম্বদি পুম্নমক কম্যুনিষ্ট ওইরকখি। মিং চন্দ্রমণিসিংহ সিন্দেপখাইদবা ওইনা অহুমক লখি। মতু অমিন্না মূৎপা তৌদনা থবক অহুমক লৈ মঙাংঙৈগী কৃষী সম্মেলনগী জেনেরেল সেক্রেটরী ওইরবা মধুমঙ্গল কৃষক সভা থাদোক্লুনা চৎখি। মাগী মতুংদা ওক্রম ইবোমচা কবিরাজনা জেনেরেল সেক্রেটরী ওইরৌই।

চহি কাম্রিদৈগী মতুংদা কম্যুনিষ্ট কর্মি মপীং য়াম্বখৎলক-লিবগী মতুংদা মচাম্নোন ভোলুন্টিয়ার কয়া ইরাবতনা ফংখি। মখোইছুদি :— লোংজাইথেম বুদ্ধচন্দ্র, লমাবম ইবোতোম্বী, মোই-রাংথেম মেঘচন্দ্র, লিংথৌজম বীনয়, মোইরাংথেম ইবোহল, ভাঙোম মহেন্দ্র, থোকচোম বীরনচিংবনি।

## ইরাবত অন্দরগ্রাউন্দ চংবা

ইরাবতনা মণিপুরবু ভারতগী তিনশিরবগী মায়োক্তা পুরুনি পূর্ব্বাচল প্রদেশ শেমগী মায়োক্তা মণিপুর কংগ্রেসগী মীয়াম লমজিং-চুনা আন্দোলন তৌরকপসিদা সরকারনা মাহু মঙাম লিন্দ্রা খেংশিনকখি। চাংগী ইয়াং অমদি মণিপুরগী রাজনীতিগী থৌরাংদা থোকংলিবনিগী মঙাল পুম্নমক ইবাবনা পীরা লৌখে। শোক

১৯৪৮ গী সেপ্তেম্বর ২১ দা পুর্ব্বাচল শেমগী মায়োক্তা প্রতিবাদ সভা অমা য়াম্না চাউনা এম, পি, ইউ. হোনদা প্রজা সঙ্ঘ অমদি কৃষক সভানা কৌখি। লুমিৎ অতুগী মিটিং থাওবা মণিপুরগী মাইকৈ থুদিংমক্তগী হাইগৎনরকখি অমাং-নোংপোক পুংদোংবম মাইকৈয়োমদগী মীওয়াম হোন্দুনা পুর্ব্বাচল শেমগী মায়োক্তা স্লোগান থাবী কয়া লাউদুনা সভাযাত্রা লাকখি।

খুৎলাই পায়বা সিকাইগা লোয়নবা পুলিস ফোর্স অমনা থিংলম্মী। মীয়ামগা পুলিসকা মায়োক্নরে। পুলিসনা সভাযাত্রা লমথিংলকপা মীওই কয়া কুবা হৌরকখি। প্রজা মীয়াম্না খুৎলায় পায়বসু লত্তবা, লানথৌবসু নত্তবা প্রজাবু কৰিগী কারি, থাদোকচঙ কাবা য়াবোই-কায়না তকশিল্লকখি। মীয়ামগা পুলিসকা ওনশিনবা, তকশিনবা অমা থোকখি। মতম অদুদা পুলিস ফোর্সকী কমান্দরনা মীয়ামগী মথক্তা কাইয়াতোং হুকুম তৌখি। কাপশিল্লক্লিবা নোংমৈ মরুনা শোয়খিদুনা এ. সি নয়ান বাবুগী মশাদা পাম্লো কুরম্মী।

মতমদু ইরাবত মশাংক এম, পি, ইউ, হোনদা মিটিং তৌগদবগী থৌরাং তৌদুনা লৈরম্মী। কর্ম্মিশিংনা পান্ডু অদু তম্লবগী লুমিৎতুগী মিটিং য়েংথোক্লে হায়রম্লগা মতৈ মতৈ থল্লে। কর্ম্মিশিংবু চেকশিনবা হায়রম্লগা মকথসিদা লৈবা মাত্রে হায়দুনা মাইকল তোন্দুনা নম্বোলদা চৎখি মিটিংগী বুদিংলগা কহাই, খোকুল, ইবোতোম্বী, খোয়োমচিংবম্বা চেকশিনখি। কৃষক সভাগী জেনেরেল সেক্রেটরী ইবোবচা কবিরাজমচিংবা মখোল-লোমবগী লাকপা কর্ম্মি পুরকক ইরাবতকা লোয়নবা লোৎখে।

থাবুধন, মুতুম থানিল অমসুং জিরী, লাইশ্রংবম তোম্বা অমবিত্নু খুমন্থেম বীর অমসুং জিরী মখোয় অসি রেদ গার্ড তোঙ্গুটিবানি। উয়ুমপোক কুমচন্দ্রনা কমান্দরনি। পুমিদাংদা কাংবোংদা মিটিং লৌহনা তারে। মোং ওয়াংমা অমুক্তা সরকারগী সিপাই ৫০০ কাংবোং খুনথাই কাওহনা লাকই। লোইখিংবা মুখিৎ চুপা কাখে। মতৈথংদা রেডকী খুৎলাই থাৎলক্‌না হন্দোকপা তারি · অদোক অপব থাওদবা লৈমরাম থবিংদা লোৎখি। কমরেদ চিংখম কাবোই।

· মোংবাইখিং চৌংগী অদোক হাওদা রেদ পার্তিনা তাক্নবা কম্যুনিষ্টকী কমরেদ লৌকথাবম অমুবা অমসুং কমরেদ থবিমা শিম-শিমনা সভাপতি ওইহনা মিটিং তৌই। অহোম লম্বাই অমসুং চুমুখোংদা সরকারগী কেম্প অমি লৈ। মুখি-দাংবাইরমদা চৌংবাগী লমদা অহোম লম্বাই কেম্পতগী চুমুখোং কেম্পতা সিপাই ২পা তাকপা লাকখি। খিনমিদ চৌংখোংদা রেদ গার্ড কোম্বোরম অচৌ ইবিন মপান, খুম্রাকপম বীরচন্দ্র মমাং শরেনবম, কোম্বুম তোপ ইবিন মপানবা পোখি-সম লৌরনা কাম্লদা সিপাই অমদি খুদক্তা শিরে। অমদি চৌংখাদা ওয়রে। খুৎলাই লৌমবা চংখিন্নবদা অহেম্বা সিপাইহুনা মোংবৈ কাপ্লকপদা রেদ গার্ড অমি অমা খুদক্তা শিরে। অচৌবি তাক্লবা শি। অদোক লাওবা তৌখিবা মিটিং অসি খুদক্তা লোইখিরে। থৌদোক অসি লমাবম ইবোতোম্বীনা মেজেষ্টেরী ওইবা মতমনি।

বিশেনপুরগী কেম্পতগি থোইদোকপা থুরোংবীবা য়াওখিদে। মৈত্রম শাম্বু, লৌশঙম য়াইমা মকম অদুগী সেন্ত গার্দনি। থোইদাং-পোক কাচিথুল মনিংগী কেম্পতা সেন্ত গার্ডশিংসি দৈঃ—য়ামসিং কাংথোং, কঙ্গাই মমদিয়াম্ন, থোংগৈ হৈক্রুজম, অমু. ধর্ম, থবম্নি লোইনা থোইদাংপোক, লোদিয়া অমত্তং ইবোহল চঙাংগৈ। সরকারগী সিকাইগী কাপথদা ইবোহল থুমাদা পাল্লি, কঙ্গাই, থোংগৈ, ধর্ম, লোদিয়া কাহৌই। অতৈদি কাখিদে।

ময়াংইম্ফাল কেম্প থুগায়নবা থোংমথিবা সেন্ত গার্ডশিংদি—লুয়াম গোকুলসিং অয়াং-জিরী, কুবের অমত্তং সাপম ইবোহল চঙাংগৈ, লৈতাম্বেম অচৌ অমত্তং লাইশ্রম য়াইমা অয়াং-জিরী। মৈবোকচাংদা লোং ভাল্লি। গোকুলশিংগা ইবোহলগা পোংজিসম লৌহুনা লৈরগা অতৈনা চেনখ্রবি। কাপ্পিদে। মঙ্গেন্দ্র অনিদি কাখি।

প্রজা মণ্ডল সরকারনা সি. আই. ডি ওইবা মীওইশিং অয়োন অধুপশিংনি ভাকথোকই। মতুঙদা সি. আই. ডিশিং অদুমু লময়শিংবু তৌরকখি। নংথোং থুলগী চৌকিদার অহিংদা কৌথোক্লগা ভবোংখাওদা মুং য়াম্বুনা কুয়েন্দ্রা য়াদবুনা হাংখি। কাংথোংগী মাইস্নাম নিপামচা সিংহ অহিংদা হকচাং (জিপ) কক্যংহনা হাংখি। উপাংথোং তোম্বা অচৌবা ইনাকখুনবনি। পুলিসকা লোয়নবুনা প্রজা থংপদা য়াওখি। থুরোংচাবদু লৌহুনা যুম যুমদা চঙবুনা সুপি অচাংবা হোৎনবা মতংদা লংপা হৌরকখি। মোংমগী অহিংদা পুলিসকী থিবোল শেংবা কাংঙ্গা

মতম্দুদা অমা কম্যুনিষ্ট পার্টি সরকারগী মাথোক্তা থুংলাই পায়বা মীয়ম তৌরমী। অদুবু লাইবকপীবদি অমাগী পার্টি অহমদা তোঙান তোঙানা সারকারগী মাথোক্তা লড়াই তৌরি। মখোয় মখেলদু উমবদা কাপ্লে।

ইরাবতনা পার্টি অহুম অদু তোঙান তোঙানা উনদুনা পুর-শিন্নবা হোৎনখি অমসুং মায়ম পাকখি। পার্টি অহুমগী অপুনবা কন্ফরেন্স অমা তৌরগা ইউনাইটেড ফ্রন্ট অমা শেমদুনা সরকারগা থেংনখি। অদুগা অমা মীয়মকী লমজিং কথনা পীখি। ইউনাইটেড ফ্রন্ট পিপুলস গভর্ণমেন্ট ওফ অমা হায়না অমাগী লম থমা শাসন তৌরমী। অসিগুমা পিপলস গভর্ণমেন্ট অসিগী ইরাবতকা পলিন অমা ইনমখী মচুদি :—পিপলস অর্দিনা লৌশিন্নবা লম-শিংদুগী মচুংগা কবো ভেলি অমসুং অকো চৌংগ কোমিবা থমা য়াওবা মণিপুরগী ওইবা ইরাবতা পীবা য়ানখি। ইরাবতনা হায়রিবা লম'সিদা ভাবিবা হৈহৈ মচা কয়া খোমজিন্দুনা রেদ পার্দ শাপৎখি অমসুং তোঙানবা মণিপুরগী সাশন অমা লিংবা হোৎনবা থবক চৎশিনখি।

## ইরাবত অমসুং কবো ভেলি

কবো ভেলি অসি অমাগা মণিপুরগী তাইরবা লৈবমা চহৈবীরবক য়ামা চয়েৎনবা অমা খোকহল্লি। কষিগুমা লিংখৌ অমগী মতামা মণিপুরগী লম ওইবা অদুগা অমানা অদুক হেক লৌশিনবা অদুমা তৌদুনা লাকপনি। শোক ১৪৭০ দা পোং

নিংথৌ থিরখোবনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইরকপা পুরবা অমা মাপাবা শরুক ফৈরম্মী। কুট ৬০০ পাকপা থেংবা অয়া মানা পাঙ্গি ঙৈদা শারম্মী। শোক ১৭৫১ দা গৌরশ্যামবা পানবা মতমদা অয়াবা কবো ভেদি মমুক লৌখি। লোয়রবনা গৌরশ্যামবা পদেঙগী মাদুগা মাঙখৌহুনা অয়াবা ইম্ফাল কাওবা লৌশিন্দুনা মনিপুরগী কোঙ্গুং শঙাইরেম্মা হোংখি। ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা শোক ১৭৯৯ অহু-বাইদা ভবু কাওবা মনিপুরগী লম ওইরম্মী বা যাওরি। মার্জিৎনা মমাম্বা চৌরজিৎ নিংথৌগী মথক্তা শোক ১৮১৩ দা অয়াগী নিংথৌ বদাও পাইগী মতেং লৌরগা মমাম্বা ভাহোক্তুনা মনি-পুরগী নিংথৌ ওইরম্মী। মতেং পাংবগীমমক কবো ভেদি পীখোকখি। অদুবু মমুক পীনিংলক্তুনা শোক ১৮১৯ দা মানবা থুগাইখি। অদুদগী অয়ানা মনিপুরদা শোক ১৮২৬ কাওবা চহি ৭ থুত্তাকখি। গম্ভীর সিংহনা মমুক হন্দোকখি। লম অনিগী মরীদা থৎনরকপদা ভারত সুপ্রীম কোর্টকী গভর্ণর জেনেরেলনা কেপটেন পেম্বরতন থারক্লুনা বিচার তৌবদা ব্রিটিশনা অয়াগী মীচত চৎবদগী কবো ভেদ অয়াদা শোক ১৮৩৪ গী জনুয়ারী ৯ দা পীখি। মার্টিকল অনিবং যাওবা দলিল অমা সহি তৌনখি। লমগী মহুত্তা চহি খুদিংগী লুপা কোনশেং ৬০০০ পীবা হায়বা যাওবা অহু মতম থরা লৌরগা পীখিত্রে। ভারতনা ইনিং ভয়বা, মনিপুরগী কংগ্রেশকী মথুক্তা সাশন নৈরবা মতমদা কবো ভেদি পুম্না পীখোকরে। ইরাবতনা অমা নিবরেশন গভর্ণমেন্টকী সহি তৌনদুনা কবো ভেদি মণিপুরগী ওইরম্মী।

মরম অদুনা মনিপুরগী মীয়াম্না অমত্তং মদু অয়াম্বনা কবো ভেদৌ দাবী তৌদুনা থাইনহৈদগী লাকপনি। ইরাবত অমত্তং মাগী পার্টিনা অসিগুম্বা দাবী অসিদা শোৌগত্তুনা লাক্লি। মসিগী মরিমা ইরাবতকী চয়োলগী চেকোত "অনৌবা যুগ" না মরিক চুম্না ইত্থনা দাবী কয়া তৌরম্মী। মখা হায়রম্মী:— মতম অসিদি গনতন্ত্রনা মপুং ওইনা মী থুদিংমক্কা পাম্লবা মতমনি। অসিগী মথক্তা ব্রহ্মাদেশ অসি ১৯৪৮ ইং জনুয়ারী মতুংদগীদি বৃটিশকী মখুত্তগী মখোয়গী সাশনগী ক্ষমতা লোৌথ্রগনি। ... ... কবো ভেদৌবু মনিপুর সরকারনা তানবা তারবদি তঙাই-ফদনা থুনা দায়ীত্বশীল সাশন পীগদবনি।

## ইরাবতকী অরোইবা

ইরাবতনা ব্রহ্মাদা মাগী অনিংবা থবক থয়া পাঙথোকপা হৌরকপদা অরাবা কয়া থাঙলকপা, মনিপুরদা লৈরিহৈদা চাবা থকপা তুম্বা চাং নাইরক্তবা, কমুংদা তুম্বা কংলক্তবা, লোৌরিদা মোন থাঙদুনা, উন মরক্তা, কুদিত্তা, চীগুংদা কংলপা চাবা কং-লপা তোকদুনা, চন্দ্রা মতুং অমমন্থু লেন্নকপগা ব্রহ্মাগী ঊপিং দুংশিংদগা ওন্নরকপগা মাগী হেদ কাটর ওইরিবা ডাংদ্বো হায়বা মকমচুদা টাইকোইদনা কয়া নাপিন্নকখি। লম অসি ডাক্তর, হিদাক-লাংথক মতিকচাবা কংদবা লাগানি। পাঙ তারবা মনিপুরগী ডাক্তর, কবিরাজ কয়া মীয়ামগী লেঠো পবগী পুন্সি কমদা চংশিন্নখি। লাইবকথীবগী কমদা ওথবিরে।

শোক ১৯৫১ ইংগী সেপ্তেম্বর ২৬ ডা ইরাবত তাইবংপাম থাদোকখি। মাগী অশিবা হকচাং অচুপুং ২৪ চুপ্পা লৈ-শূনা লৈতেংড়না ইকাই খুম্মবা উৎখি। ইউনাইটেদ লিবরেসন গভর্ণ-মেন্ট ওক ত্রিপুরাগী রেদ পার্দ লাম্মীনা পেজুট গন কাপ্তুনা পার্দ ওক ওনয় উৎলগা মৈতৈগী চৎনবী মতুং ইন্না পোংলোয়রবি।

মণিপুরগী মীয়ামগীদমক্তা থেংনবদা পোক্কম লমদম মথাগী মতম্পাক্তা পুন্সিগী অরোইবা যাহিপকম কাওবা কংবা ওমখিরবা অরে ইং। ওইনা মণিপুর থাদোক্লুনা চৎখিবা মতমদা অকো চাংখক্তা পোক্লকম লমদম মণিপুররোমদা মায় ওদ্দুনা মণিপুর মাতাগী তম্পাক্তগী থাইনবা তারে লায়বা রাথলগা লোয়নবা অরোইবা ওইনা হন্না অমুক্তং 'মংলন্নগা ত্রিপুরাগী মাইকৈ পাংখিবা লেন্না থম্মোই শোক্লিংতাইনি। মনিপুরগী লায়রবা মীয়ামগী পুন্সিগী অচৌবা অনৌবা অওনবা অমা সোসিয়েলিজম্মা যুক্তম ওইহনা অমুক্তং পূরকপা হেক্তবা পিনখিবু হায়না মণিপুর মাতংদগী থর নিজরগা পান্নমসিগী লড়াইদা থরাই থাবা কাওবদা নিংহনবা তৌজরোই হায়না লৈপাক চৌক্লুনা রাশক্লবা মীয়ামগী থম্মোয়দা কাউহন-নবা লৈংলৌরগনি কাউকখত থোক্তে শোক ১৮৯১ দা বৃটিশকী মাংয়োক্তা নিংতম্বা চাক্লবগীদমক থৌনা থবা মণিপুর মচা কয়াম্না [illegible] কয় দান তৌরবা থরাই কয়া থাজবা মতুংদা মীখা পোক-থদগী কয়বা নিংতম্বগী লড়াইদা লমজিংখিবা পুপানি মাখি। [illegible] মিংদা ওৎ-বৈবা, অচৌবনা মচাবু চুৎপা, ইমাকপুনবনা [illegible] লায়রববু ওৎপা, লৌয়াম চাবনা লৌমিবু ওৎপগী কোক্লবা

আন্দোলন কয়া লমজিংখিবা অমত্তা ওইরবা মনি ময়ুমনবনি।

মরমসিংদিনগীনি মাবু মীয়ামগী লুচিংবা কৌরিখা। পূরতগী মতমা খা-মোংপোক এসিয়াগী লমজিংবশিংগী ম খমনি। মরমদুনা মেটা ইরাবত খোল্লিবা। মীওইবা ৩ খেংবদা থাওবা লায়বা খুদোংথিবা পুনমক্লা লাজোয় ৫ পাংখোক্কে লিংখিবা থবক্তু পাংখোকপদা লিংবয়বা লৈতবা ওয়াদবা থবক কয়া মীয়ামগী স্বার্থনা তৌবদগীনি মাবু অমত্তামবনি শোয়রিবা। মীকৈরাক মচাশিংনা মাবু ক কৌইল। মণিপুরগী লোঙী সভানা প্রেসিডেন্ট হায়না খ

ইরাবতকু মানা নিংজরবা পান্দম অদু পাংখোক্লমা মৈতৈ লৈবাকগী কম্পাকগী চৎলে। কৌইথরমতুং মানা থ পুতম অহুদি লেপদনা লৈহোরগনি। "লৈথিরবা মতুং মাগী মপাঙা খে-ম্লাইদ থমখা খোইদোক্লা থল্মে য় শোক্লিংঙা মণিপুরগী মীয়ামা মেতাগী মংবা লেব কৌবা অদু লোট মাকী কমা কৌথিবগা লোয়ননা মণিপুরগী লোঙী সভান ধুনিংগী মাবু নিংশিংনা থাবন তৌরকনি। অশিদি মনি মীয়াম তৌফম-লৌখিবর্গ [illegible]।

